গবর্ণমেন্টকী মতেংবা কোংজবা।

# পদ্মাবতী-নাটক

বঙ্গ কমল কবি অমর কবি

শ্রীমাইকেল মধুসূদন দত্ত

লন্দবা

শ্রীলৌক্রেন্দ্ৰধ্ব হেরে ইমা[illegible]

# পদ্মাবতী-নাটক

বঙ্গ কমল কবি অমর কবি
শ্রীমাইকেল মধুসূদন দত্ত

অনুবাদক
শ্রীলৌরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহ



মাইকেল মধুসূদনদত্ত

দত্তবংশ মচা কবি শ্রীমধুস্থদন
যশোর্দা সাগরদাঁড়ী কবতক্ষ-নাক্তা
জন্মস্থামি ; জন্মপিতা দত্ত মহামনা
রাজনাবায়ণ নাম, জননী জাহ্নবী।
বেদপক্ষ বসু বিধু খৃষ্টাব্দগী শশী
থাগী ভূত নেত্র স্থয,পুত্র দিন্দা ভূদা।

শ্রীযুক্ত লৌরেম্বম্ ইবোয়াইমা সিংহনা মণিপুরীদা হন্দোক্পা বঙ্গকবি মাইকেলগী "পদ্মাবতী" নাটক—পাজবদা ঐগী পুক্নিংদা পেঞ্জবা অমা পোক্ই। নাটক অসিবু **Blank-verse** দা চপ্চানা পুথোক্পিবক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা মমল্ য়াম্লবা দান শ্রীযুক্ত ইবোয়াইমা সিংহনা তৌবে। বাংলা হৈনবিবা ইবুঙোশিংনা মাইকেলগী মূল নাটক পাবিবগা অপেম্বা ফংবিবা অহুমক্তি হাইমল্লবস্থু, মণিপুরী পদ্মাবতী পাবিবগা অনুবাদ অমনা পিবা ঙম্বা অপেম্বা অহুদি তাদনা ফংবিগনি নিংঙৈ। ভাবতগী ক্লাওবব কবিশিংগী works কয়া লেখক অসিনা মণিপুরীদা পুথোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্য সেবা তৌবা ঙম্বগী শক্তি ঈশ্বরনা পীনবিসনু।

ইতি তাং। ১১। ৬। ৬৭ইং

শ্রীনীলমণি সিংহ
কোংবা বাজার

## নাট্যদা য়াওব-চরিত্রশিং

### নিপা

| | | |
|---|---|---|
| ইন্দ্রনীল | .... | বিদর্ভগী রাজা |
| মানবক | .... | বিদূষক |
| রাজমন্ত্রী | ... | |
| দেবর্ষি নারদ | ... | |
| মহর্ষি অঙ্গিরা | ... | |
| রাজ কঞ্চুকী | .... | মাহেশ্বরী পুরীগী। |
| পুরোহিত | ... | " " |
| কলি | .... | সারথি |
| নাগরিকশিং, রক্ষকশিং | | অসিনচিংবা |

### নূপী

| | | |
|---|---|---|
| শচীদেবী | ... | ইন্দ্রাণী |
| রতিদেবী | .... | কামদেব প্রিয়া |
| মুরজাদেবী | ... | কুবের প্রিয়া |
| পদ্মাবতী | ... | মাহেশ্বরী পুরীগী রাজকন্যা |
| বসুমতী | .... | সখী |
| মাধবী | .... | পরিচারিকা |
| গৌতমী | .... | তপস্বিনী |
| রম্ভা | .... | অপ্সরা |



# সূচী







৩-৫-৬৭

শ্রীচৈতন্যসিংহ নাম মৌরেম্ববংশনি।
জননী অরুণাবতী, জনক রিপুজিৎ॥
চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
ধা, রস তাং, কুজবার বসুধা তথাক্তা॥

# পদ্মাবতী-নাটক



ওঁ নমো গণেশায়চকাদম্বর্য্যৈচ।

## অহান্ব অঙ্ক

বিন্ধ্যগিরি ;  দেব-উপবন।

( লীক্লং-তেন্ পায়হুনা রাজা ইন্দ্রনীল কন্না হোচ্চিন্নকৃপা )

রাজা— (মাইৈগে মরিদা য়েংলগা মথন্তদা)
উনা উনা শজি অচু চংথ্রবা কদোম্‌দা ?
ঙকৃথেব্রদা ! মণ্ড-মণ্ডলিববা ঐ, কন্না তুম্‌হুনা ?
করম্না হায়নি মহুস্থ। লৈরিনা লেঙদনা
ভগবান বিন্ধ্যাচল অসি ঐগী মাঙদা।

( চিন্তা তৌহুনা )

চীং-মান্‌গী দেশ অসিদা, রথ চঙবা মারোই
থন্দুনা, ঐহাক্না খোঙনা শজি তান্নরক্‌পৈ
অৱাবা থাঙলগা মহৈ অসি কংলবরা—
তা র র বা চীকৃপ-বন্দা মবৈদা ইথন্ত ?
ঔশিঙ্গুম্না উৎলি মুংশাতরং মরু-লম্‌দা,
'তুজি সিদা মায়ামৃগ শানা বাহল্লব্রা
ঐবু ! ওইনিংবা ওইরম্‌ব্র, অসিদহুম্ হোৌজিক্

ঙহাক্ বিশ্রাম তৌদ্রনা অবা-পোথোক্পগী
দয়কারনি। (কোইচচ্চৎলগা)

কয়াত নিংখিব মকয়ো!
উপবন ওইরব য়াই, কনাগুম যক্ষ
নত্রে গন্ধর্বগী। মিৎ হয়াওনবগীদমক্
প্রকৃতিনা, মীওইবগী, লৌথিদে কৈদম্ম
'সিগুম অঙকপ রূপ। ফম্ গোদো মূংথক্তা
ইফুৎ-নাক্তা, কৌরিমাল্লে ঐবু য়াবা লাউনা।
(ফম্ থদ্রনা ইঙকুণ্ডরা)
কৈনো? লৈকোল্লিদা খুদক্লিদা হাহা লাউরে
অঙকপ মনমা? (আকাশদা মেঙনা পুংয়ৈবা)

অঃ হা! কয়াত তুংশিব
মথোমো! করিনো—? (খুদক্তা নিত্রানা
কুপ্পুনা নূংথক্তা তুথিবা।)
(শচী অমসুং রতি চঙলক্পা)

শচী— সখি, করিগী হংলিবা
সুরপতিগী বা। করম্ মাঙহন্দগে মরু—
কংনা কত্তব দৈত্যশিংসিবু, য়াথল্লিদা
লাঙতক্লরি মা তত্তনা। সুঙাইবদা অমুক্
মনঃ চঙ্লিত্রা মহাক্না? রতি দেবী, নংসে।
কয়াত ভাগ্যবীনো! য়েঙও্ থোইদিং মথাই
অম-ফাও থাদোক্কে নংবু নদী † মন্মথনা।
অঃ! পরিজাত লৈরাঙী চেজেৎ কোয়িম্বগী
থৌমীনা থথি পুন্দুনা পুল্লিচুপ্পা মনম্—

† কামদেব

মুংশিব * মধু, অচুয়া খুত্নম্ চল্লি নংনা
নঙ্গী মন্মথবু।

ৰতি— চুস্মি, সখি! কাম্নন-মৈচাক্
কৈনো—কাউবু কাউয়ে ঐদি। (অনিনা কোইচচ্ছংপা)
কয়াত শুকখ্রবা!
য়েঙঙ্, শচী, আদু, নঙ্গী মালতীনা শাউগুম্
থিংলি ইঙ্গিংনা, মলয়-মালংব লাক্পদা,
মাবু মনাক্ লাক্তুনবা।

শচী— কৱিগী থিংলোইদো?
য়েঙঙ্, মুমিৎচুপ্পা মাদি আদগী অরুব
পৃথিৱীদা শাগ্নরুরগা ১ নলিনীগা, লাক্লি
'সিদা হৌজিক্তা। সিদবু কৱিগী শাউৱোইদো
মালতীনা? তাক্চৱরে মশা মথন্তনা,
মশাগী অঙ্গ গন্ধনা।

(মুরজা দেবী চঙলক্পা)

সখী মুরজাৱা?
লাউদো। ওসি কেদৌ নমায় অসুক্ মক্লিবনো?

মুরজা— (স্বর শাংনা হোন্দোক্লুনা)
সখি! অতৈ কনাদবু হায়রুদগে ঐগী
অৱাব-বা?

ৰতি— কৱিননো? কৱি কৱিদোৱে?

মুর— চহি তৱামঙা শুরক্লেনা, ইচা বিজয়াবু
পার্বতীনা অভিশাপ তৌখিবা, পৃথ্বীদা
পোক্রবগী, তাখিদৱে মৱা-মপাউ মাগী

---

* বসন্ত ১ থবান্

মতম্ অদুদগী করিমতা।

শচী— করিবানো?

ভগবতী বসুমতী নত্রনে, মহাক্পু

ষ গর্ভদা পুবিনবা য়াবিথিবদুবো?

মুর— হোইনে, য়াবিথিনে—পুসু পুবিথ্রমান্লেনে।

অদুবু মহাক্ পোক্লগা কনাদা মহাক্পু

শিন্নবিথিবগে য়োক্পিথাক্পিনবা—বাসি

তাক্লিংদেনে করিমতা মহাক্লা ঐঙোন্দা।

ঙসি কয়া কপ্লুই মথোঙ পায়দুনা ঐহাক্লা,

করিমুক্ হায়সিগে?

রতি— করি হায়বিরক্ই'দুদি

ভগবতীনা নঙোন্দা?

মুর— তাকপিরক্ই অসি—

"চাউবি, মতম্ ওইরক্পদা থঙলক্নি হেক্তা

ঙয়বক্ নং-নশামক্লা। কপ্লসু নং হৌজিক্,

চৎলো * অলকাদা। নৈরি সুঙাইনা বিজয়া।"

শচী— অদুদি, সখি, খোয়রাংফম্ থোক্কেনা করিসু

নহাক্লা মদুগী। 'দুগা য়েঙও থম্বদুনা,

মীগী জীবন লীলাসি লোম্মী সংসারদা

য়ায়া থুনা জল বিন্দুগুম্না।

মুর— সখি, ঐগী

মনঃ কপ্পগুম্ তৌরক্ই বিজয়া কায়নবা

মরক্-মরক্তা! বায়দকো! ঐখোয়বু অমম

ওইহল্লবসু পোল্হল্লি অবাবগী মথা

* কুবেরগী কোম্লুং

জগদীশ্বরনা।

শচী— স খি, বি ধা তা গী সৃষ্টি
'সিদা তীঞ্জংদব লৈরাং লৈবগে করম্ব?
( থাপ্পা নারদ চঙলকপা )

নার— ( মথন্তুদা )
চৎ লি ব নি সে ঐ শূন্য মার্গদা, মহর্ষি
পু ল স্ত্য গী আশ্রমদ'; দেব উপবন্দা
খু দ ক্সি দা দেব-নারী অহুম্সি উবদা
থৎনহনুগে নীংলে যেসা তৌত্রনা মখোয়সি—
চীং ম থা দা, অচ্চননি ঐ-কুমথরিবসি।
'ত্থদি ঐ নীংলিবা অসি করম্ পাঙথোক্লিগে?
( চিন্তা তৌরগ' )
লৈরেদনা। সনা থম্বান্ হেক্তুনা ঐহাক্সা
মানস-সরোবরদৈ পু র ক প—ম সি না
সিদ্ধ ওইরগনি ঐগী থবক্।
( চঙশিল্লগা ) শুভমস্তু!

পুম্নমক্লা— দেবর্ষি! প্রণামজরি নহাক্পু ঐখোয়না।
( থুকম্বা )

শচী— ( মথন্তুদা )
স র্ব ত্র দা থ ৎ ন ব গী মূলনি তম্থিব
অসি, কদোম্দগী 'সিদা লাক্লিবনো মসে?
হাইমা! কৈনো ঐ তৌরিসে? অন্তর্যামীনি মা।
মাঙলে, ঐনা নীংলিবসি মানা থঙলবদি।
( কোংনা )
ভগবন্, ঙসি লাইবক্ কয়া কথ্রবনো!

শ্রী চ র ণ দরশন ফংবদা, ঐথোয়দি
মহৈ য়াম্লে। 'ডুদি কদোম্‌দনো লেঙবিরিবা ?

নার— ( মথন্তদা )
ইকাই নাইদে করিমতা কত্তবী নৃপীসে।
ঙ কৃ ই! মবুক্ক্‌ংদদি হূ, মচিন্দনা মধু।
তৈয়াম্নি মসিদি। বর্ণ উবদা মিৎ ঙীংবা,
'ডুগা মনুংদা উং। 'ডুনা ঙৱমথৈ ঐনা
মতিক্‌চানা মাবু দগু পীরম্‌দনা অসিদৈ
চৎলরোইদো। ( কোংনা )
সুঙাইজরে দর্শন তৌবদা
নথোয়গী চন্দ্রবদন। কৈদৌ হংবিরিবা
ঐগী বাবু ? কোইচচ্ছৎলি ত্রিভুবন খুংনা
ঐনা, তম্‌থিব বিপদ অমদা তাদুনা।

রতি— করি হায়বা ?

নার— করি হায়নি ? কয়ানিনো শুরে
কৈ লা স দা হর-গৌরী দর্শন তৌরগা
হল্লকৃপদা ঐনা ঐগী আশ্রমদা, মতম্‌
অদুদা দৈব-মায়াদৈ ঙীশিং থৌরাংডুনা
চংলম্মী মা ন স-স রো ব র তাম্না।

শচী— 'ডুদৈ
মহাশয় ?

নার— স রো ব র মপান্‌ য়ৌখিবদা
ঙীয়ায়দা উরম্মী সনা থম্বান্‌ অমা শাৎপা।

রতি— দেবর্ষি, অদুদৈ করি তৌবা ?

নার— থ ম্বা ল্লু গী

ফজবা উবদা ঐনা খোয়াংবা কাউদ্রনা
হেক্লম্মী য়াম্না চেম্লিন্না।

পুন্নবক্লা— অদুদৈ ? অদুদৈ ?

নার— খুদক্তদা আকাশদা দৈববাণী অ সি
তোয়ম্মী—"নারদ, থবান্ অদু ভগবতী
পার্ব্বতীগীনি ; হোৌনদে নংনা মতু হেক্পা।
ত্রিভুবনসিদা হৌভিক্তি থ্বাইদগী ফজবী
নূপীদা পীগ্রব্বি নৈদ্র, চাক্লগনি নহাক্
গিরিজাগী অশাউবৈনা।" হাইরে হাই ! মসিবু
সামান্য বিপদরনে !—

শচী— (নোক্তনা) ভগবন্, মুং শা
থিবিগন্নু মসিদমক্। থবান্দু ঐ ভো ন্দা
পীবিরগা লোইরেদনা।

মুর— করিগী, নঙোন্দা
কৈদৌ পীদগে ? দেবর্ষি, পীবিয়ু ঐঙোন্দা
থবান্দু।

রতি— হে মুনিবর, থিবিয়ু ন হা ক্লা।
লাইনা শাব-সনা থবান্ 'দুগী যোগ্যপাত্রী
অতৈ কনা লৈগে ত্রিভুবন্দা ঐদৈ হেৎ ?

নার— (মথক্তদা)
অসিনিদনা, ঐহাক্লা নীংবা থুংলেদনা।
অসিদগী চৎহৌবনা করে ঐহাক্ 'দুনা
নোং-মুংশিচ্ছি হোৌত্রিঙদা। (কাংনা)
ঐঙোন্দা নখোয়না

হায়জকম খোক্তে রা অসি। য়েংবিয়ু, ঐহাক্তি
অহন্নি, তপস্বী বনচারী—নখোয় খ্‌ৱাইদি
দেবনারীনি। খ্‌ৱাইদগী সুন্দরী কনানো
নখোয় মরক্তগী—ওস্নোই মচু ঐনা লেপ্পা।
অ ছু না স না থম্বাক্সে ঐ থম্নমগেসে
ভগবান বিন্ধ্যাচল মতোন্দা, নখোয়গী
মরক্তা খ্‌ৱাইদৈ সুন্দরী নূপীচু নত্তনা
অতৈ অমনা লৈ অসি হেক্‌ শোক্‌পদা মহাক্‌
লৈদোবনি নুপী মূর্ত্তি ওইনা চহি লিশিং
উপবন 'সিদা। হৌজিক্‌ বিদাইরেদো ঐদি।

শচী— (শাউরপ্না) (থোক্‌খিবা)
নহোইমুক্‌ ইকাইনাইদব নুপী অতৈ লেব্রা?

অনিনা— করিগী? ইকাই-নাইদবা করম্না ডাঁরবা?

শচী— করিগী হংবা শারিবা মতুবু অংক্ম্‌?
কিচুম্‌ কৈজৈদা নহোইগী কুত্তানি উবদা!
হাইমা! কয়াত ইকাইবা! ফজবরা গর্ব
অতুক্‌ তৌবা ঐগী কাদা নহোইনা?

অনিনা— করিগী?
করিগী? গর্ব করিবু তৌখ্রে ঐখোয়না?

শচী— থওরনে নখোয় ঐহাক্তি ইন্দ্রে ইন্দ্রাণীনি?

মুর— ইস্‌,ওইজোদনা। নংাক্তি থওদরা ঐহাক্তি
যক্ষপতিগী চান্নবী মুরজানি।

রতি— নো কু্‌ ম্‌
নোক্নিত্তিও নহোইনিগী রা তাবদা। নহোইবু
কা উ র ব য নে, জগত পূম্নমক্কী পুক্নিং

গুনৎপ-কামদেবনি, ঐহাক্কি মহাক্কী
মনোমোহিনী রতিনি।

শচী— আঃ, নঙ্গী মন্মখৈ
খাদু হায়রমু। শিবগী অশাওব-মৈরীনা
চাক্‌খিবদগী মহাক্কী করি লৈরিবগে?

রতি— কয়িগী, করি হাৎপগে? ঐগী মন্মথগী
মা ডাওহন্দ্রবদি ঐসু নংনা, পম্, চিন্না
নংসু নঙ্গী ইন্দ্রগী মিং। কম্না ভুংশিখিবা
সুরপতিনা নহাক্‌পু, খ্বাইনা খত্তিও মহু।
অমুক্ সুংশিবিরম্‌দ্রব্দি নংবু ওইরম্‌দরা
মহাক্ সহস্রলোচন?

শচী— (শাউনা) অমুক্ উশিত্তিবা।
সুরেন্দ্রবু নিন্দারিবা নংনা! পাপ পুমি
নশক্তু উবদা।

(উহন্দনা নারদ অমুক্ চঞ্চলক্‌পা)

নার— (মথন্তুদ') ভাল! থং নয়েদ না সে।
বীণা খোংহুনা হয়াওনা জগোইনিঙ্ঘি 'মুক্কুং
ইথুৎ থাঙ্গত্তুনা। (চিন্তা তৌরগা)
করে 'হুদি, অশাওব-মৈ
তম্‌খিব'সি হৌজিক্ নুথৎপা তাঃরদো।
(খোক্‌খিবা)

মুর— কৈদো
অরেম্বদা থৎনরিবা?
(আকাশদা। হে দেবনারীশা! নখোয়না করিগী অরেম্বদা
থৎন-চৈনহুনা দেব সমাজ নিন্দাহন্দগে? য়েঙু, ঈফুৎ

অসিগী ময়াদা নুংপাক্কা বিদর্ভগী রাজা ইন্দ্রনীল রায় তুম্লুনা লৈ। নখোয়না বিবয় অসিগী মহাক্পু * মধ্যস্ত ওইহন্নু। )

মুর— তারব্রা ? কারদে থৎনদুনা ? হৌদোক্নি লাউ রাজা ইন্দ্রনীল।

শচী— ভূকল্লি ঐগী মায়ানা রাজা ইন্দ্রনীল। লাউ, চৌংদোক্লিগী মনাক্তা লেপ্লগা, থাদোক্নি ঐখোয় মায়াজালদগী মহারাজ হুবু। (পুন্নমক্ থোক্খিবা, আকাশদা মেঙনা পুং শেন্ মৈবা)

রাজা— ( হৌগৎলগা মথন্তদা )
অঃ হা! কয়াত ওরুব মঙবু মঙলম্খিদা।
(স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা )
হে নিদ্রাদেবি, ঐহাক্না করি অপরাধ লংজদুনা মতম্ 'সিদা ঐহাকপু নহাক্না অমুক্ চান্থিদ্রিবা ? অবাবনি ! ঐনা চঙনা স্বর্গভোগ তৌবা হৌরক্প-মতমদা হেক্তা লংশিন্নব্রা চিংশিন্দুনা ঐবু অমুক্ নংনা শাথিব সংসার-জাল'সিদা ? হা জননি, মমাগী ধর্ম্মরা 'সিবু ? অঃ হা ! চমৎকার মঙনিদকো মঙলমদো! দেব সভায়ায়দা কম্লুনা ঐনা অপ্সরাশিঙ্গী মনোহর সঙ্গীত তারবগুম্না তৌইদা, অদুগা মনম্নুংশিব অমৃত নোং কয়া চুরম্নি

* Arbitrator-ময়ারেপ্প

মাইকৈ মরিদলী, তম্বোই মচু মীবা হায়বা।
(ইথক্ থক্বা)
করিনো অসিবা? করা কনানো মথোয়সে?
মীরা লাইরা?
(শচী,মুরজা অমসুং রতি চঞ্চলকৃপা)
তো মথোয়গী মিং কৃ থ ব 'ঢ়বা।
যদি তাদব দেহনা, কো ক্ হ প র ব সু
লাই ওইবৈ সন্দেহ, মথোয়-মিংথিকব রূপ
অসিনা নৈ হ ত্রে হ না ঐগী শক্তা অদু।
খবাম্নব্ কংবদা হেক্ মদিং-তাওব মীসু
খওবা ওসি মাগীনাক্তা খবাব্ শাথনি হায়বা।
'সিওব কক্ষব রূপ—লাবণ্য নৈ গ বা
তূ ম ও ন ব বু?

শচী— জয় ম হা রা জৈ জ য়।

মুর— পূর্ণিসভ মহারাজ।

রতি— ম ঙ্গ ল ওই মু হ
মহারাজগী সর্ব্বত্র।

শচী— হে ম হা রা জ, ঐ
ই ন্দ্রা ণী শচীনি।

মুর— ঐনা যক্ষরাজরাণী
মু র জা নি, ম হা রা জ!

রতি— নররাজ, ঐনা
মন্মথপ্রিয়া রতিনি।

শচী— ( মু র জা অ ম সুং র তি দা লো রা )
ঙাঙহন্নু অমবু—
করিগী অমুক্ লাওলিবা? অমুম্ ভৌরগবু
থবক্ মহৈ য়াম্না? ( প্রণাম্ ভৌরগা )

রাজা— মহৈ য়ান্নে ঐগী অম্ম
শ্রী চ র ণ দরশন ভৌবদা নখোয়গী।
করি আজ্ঞা তাক্পিগগে মনাইদা নখোয়না?:

শচী— মহারাজ, আহু চৌংদোন্ মথক্তা উরিব
সনা থম্বান্ অসি ঐখোয় অহুম্গী মরক্তা
খ্বাইদৈ হেন্না সুন্দরীনি হায়না নংনা থম
মাঙোন্দাত পীয়ু।

রতি— মহারাজ, নিংখিজনা
খওবিরেদনা, নঙোন্দা হায়বহু শচীনা?
খ্বাইদৈ হেন্না সুন্দরীনি মাদি—

শচী— সেরা, অমুক্
করিগী লাওলিবা?

রাজা— ( মথন্তা ) জুগোৎ কয়াত চাত্রবা!
দেবনারী ঙাক্তনিসে মখোয়পুম, 'হুদা
মখোয়-মরক্তা কনাবু পেন্হন্বা ক না বু
শাউহন্বা। ( ফোংনা )
বিবর'সিদা মার্জনা ভৌবিয়
মনাইবু নখোয়না।

শচী— মহু থক্ ম্বারোই। নহাক্তি
ধর্মাবতারনি পৃথ্বী'সি দা বি চা র সি
ভৌবা ভারবনি শোয়দনমক্ নহাক্না

সুর— তৌবিক্রবদি নহাক্লা, তৌবিনি কনা না
* মীমাংসাসি ?

রতি— করি কিরিবনো'সিদা নংনা ?
অসুক্তং য়েংবিয়রুগা ঐখোয়দা নহাক্লা—
লোইরেদনা।

রাজা— (মথন্তদা) সর্ব্বনাশ শারে ! ঙসি ঐনা
যাত্রা তৌরক্লিবা ক্লেশ ফত্তব করিদা,
কনাদা হায়রুনি মহু।

শচী— তুমি নৈলে বিরব্রা
নরনাথ ? শঙ্কারব্রা বিষয় অসিগী
নপুক্লিংদা ? ভাবিয়ুদো, মহিষীনি ঐদি
সুরেন্দ্রগী, তৌনিংলব্দি ঐনা মিকুপ্সিদা
হাপ্লা ঙম্গনি নহাক্পু ১ ইন্দ্রত্ব খুবম্‌দা
সংদ্রনা হেক্ কোযবিব পৃথিবী পুম্বগী।

সুর— শচীদেবী, হেরা সখি, অরেব্ব গর্ব্বনি
নঙ্গীদো। য়েংজো, কল্লব দৈত্যশিং কিবনা
নখোয়না শিদো লৈরিদাই † অমরাবতীদা
দিবানিশি। 'হুগা নংনা কৈদৈ পীদোরিবা
ইন্দ্রত্ব হু সমুদ্রনা কোয়ব পৃথিবীগী ?
(রাজারোম্‌দা)
হে নরেশ্বর, থন্দুনা য়েংবিয়ু নহাক্লা,
ঐনি ধর্ম্মপত্নী ধনেশ্বর কুবেরগী;
বসুমতী অসি রত্ন পুকৈনি ঐমক্তী,—

*বাবেপ্ Decision, † স্বর্গদা, ১ Indra-hood

'সি দা লৈ রি ব অমূল্য রত্ন মথৈহুগী ঐতনি মপুদি।

রতি— (মথন্তদা) বা: বাঃ মহোয় অনিসিদে ঘুষ পীজদৈ তৌরেদো বিচার-পতিদা, 'সিদবু ঐনা তুমিন্না কৈদৌ লৈদোরিবা?
(ফোংনা)
ম হা রা জ, ইন্দ্রত্বগী মনুভাই থঙবিদো সুরপতিতনা। চেক্লা নিংথৌ থুমুখ্রংনা দর্পতৌনা লৈবদাইদো চীংদোন্ অবাংবদা; নোং-মুংশিৎ হৌরক্পদদি 'হুবু ইহান্ হান্না সর্ব্বনাশ ওই মাগীত। 'হুগা করি হায়নি ধনগী বাকমদি? মণি পোক্লকম্ ফণীগী মকোক্তো, লোত্তুনা লৈদো তত্তনা লৈথুন্দা। অহুগা, মবুক্ লাম্হুনা করিশুব কান্দা শূক্লা মথ অহিংদমু থোরক্পদা, মাগী মণিগী মঙান্ উবদা হোৎনদে কনানা প্রাণ মাঙহন্নবা মাগী? তাবিয়ু অতৈস্থ, ধন তান্নিংব মীহুগী দশা তাই মম্নদা কব্রংতীন্গী। য়াম্না বানা শাই অকব-মহুম্ অমা অপংব তীন্সিনা, মহুগী মনুংদা ফাজিন্দুনা, প্রাণ মাঙিত্ত চাদ-থক্তবনা, তুংদা মী অতৈনা শেৎলি মৃগাগী কীগেদো।

শচী— অঃ হা! কয়াত্ত কুপ্রব বুদ্ধিনো রতিগী! 'হুদি মুঙাইরিবসিদি কনানো পৃথ্বীদা?

রতি— করম্না থঙদগে মহু নহাক্লা? ঐহাক্কী

বাথন্দদি থ্‌াইদৈ হেন্না মুঙাই হয়িংখোইনা।
লৈরাংশিঙ্গী মধুচূপ্পা ন ত্ত না ম হা কী
লৈতে মথৌ অতৈ কৈমু। 'ত্তুনা মহারাজ,
অশাংপ-লৈ-নূপী ম খৈ বমুমতীসিদা
সেবিকা ওঙাক্লি ঐহাক্কী।

রাজা— ( মথন্তদা ) করিনো তৌদোবা
ঐনা হৌজিক্‌? করম্‌ হায়না বিপদ'সিদগী
লাংহোক্লিবা?

শচী— নরনাথ, বি ষ য় অ সি গী
থিজ্বকম্‌ খোক্তেনা অমুক্‌।

রাজা— চুপ্পি, অজ্ঞা, চুপ্পি।
( সনা থঘান্‌ লৌরগা )
ঐবু নখোযনা থুসিনা হাপ্লেদো মথ্যস্ত
বিষয় অসিগী, 'সিদা ঐগী বি চা র দা
অচুম্বনি থন্ন—মত্র তৌবদা শাউরোইদ্রা
নখোয় মরক্তৈ কনাম্থ?

পূর্ণমক্ল:— করিগী শাউদগে?

রাজা— অতুদি সনা থঘাঙ্গি পীরে ঐনা রতি—
দেবীদা। ঐগী বাথন্দা নূপীশিঙ্গী লাইদি
ম দ ন মনোমোহিনী রতিদেবী-ত্তনি।
( রতিদা থঘান্‌ পীবা )

শচী— ( শাউনা )
অচ্চা, মবুক্‌ ফজ্ৰব মী, কায়া বশ তৌদৈ
মাঙহল্লিবা থম্ম' নংনা? কৈ কৈ, নংবু ঐবা
'সি গী দ ম ক্‌ মতিকৃচাব দণ্ড পীনবগী

তৌদনা তোক্লোই করিমতা।

(থোক্খিবা)

মুর— (শাউনা) রাজকুলদা নং পোক্লগা, নূপী পাৰদৈ চণ্ডালগী কর্ম্ম তৌরবা? 'তুনা নং ফংনি মতিক্ চাৰ শাস্তি মসিগী মতম্ লাক্পদা, শঙ্কারমু কৈমু।

(থোক্খিবা)

রতি— (মমায় মকারায়া)
ম হা রা জ, চিংনবিমু করিমতা হিরম্ অসিগী। ঙাক্তনি ঐনা নহাক্পু, অদুগা নহাক্কী হোৌনবী মনা পীবমু কাউজরোই। ঐ গী আশীর্ব্বাদশী য়ায়া মুঙাইগনি নহাক। বিদায় লৌরগে হৌজিক্ ঐদি।
(সারথি চঙলক্পা)

সার— জয় মহারাজ। দেব, রথ থম্জরে তৈয়ার।

রাজা— করয়া? নং না কর য়া পুরক্লিবা রথ চীংমুং-মাযুং 'সিদা?

সার— (মখুৎ লোয়রুনা) মহারাজ, চ র ণ গী কৃপানা, মসি করিমু লৈতব থবক্শি ননাইদদি।

রাজা— কদুম্ করে রথ পুরক্পসি অসিদা। লেঙদনা লৈরে, ঐদি ভগবান বিন্ধ্যাচলগুয়া। আর্য্য মানবক কৈদা?

সার— অজ্ঞা—মাইগৈ মরি কোইচক্তুনা খিহৌরি

মহাক্তি মহারাজবু।

( নেপথ্যদ—ও—হো ! — হৈ !—হৈ !

রাজা— সারথি, ভাইরম্মু

নং ঐবু রথ মনাক্তা। মানবকবু ঐ

লৌরুথিগে।

সার— সনায়াথং মহারাজ

( থোক্থিবা )

রাজা— ( মথস্তদা ) য়েঙে

মানবক করি তৌবা মথস্ত লাক্লগা

অসিদা। অসুক চীক্থ্রব মকম্দা মাগুম

পাঙদব মীব, কিহম্বা ইরাই লাইব বানি।

( চীং মরুম্দা লৈবা )

( বিদূষক চঙলক্পা )

বিদূ— ( মথস্তদা )

তুর তুর ! যন্ত্রণাসি থিংকিরনে ! হৈ, পুক্,

তম্থিব, নংনি মূলদি মৈচাক্সিগী, ঐনা

কোয়না চৎলি মমিদোনা মাগী, মূর্খ বাজা

অতুগী মতুংদা, মসিতব নংনা নত্রা

থোক্হল্লিবা ! য়েঙ্দনা, ইথোঙ শেক্লক্লে ঐ

থোঙনা কোইমন্দুনা চীংমান্গী লম্দম্ অসিদা।

( লৈবাক্তা কয়গা )

হাইরে, সিদি ব্রাহ্মণগী পাদপদ্মনিদো,

অসিগী চিহ্ন * পুকবোক্তমক্তা স্বয়ং কয়া

লুনা পুবিরিদো মথবাক্তা। য়েঙ্দনা,

* বিষ্ণুনা

পুম্‌ভৎ-তৎলমাল্লে নুংদা থুদি থিজিষদা।
উ: য়েঙ্‌দো অমুক্ত, ঈ ভর্‌ জর্‌ চেম্বগ্নিসে,
পোহালগী নোং চুবা মঙাইরে। হে-ফত্তব
বিন্ধ্যাচল, দয়া সুম্লিং ফাওবা লৈত্রা নগী?
কৈদগী লৈদগে। নগী নশান্নু নুং, নগী
হুদিন্নু অহুম্না কল্লি। হে-অতোম, নংবু
কিত্রবরা ব্রহ্মহত্যা পাপ?

( নেপথ্যদা গুংব-শব্দ )

বিদূ— ওরে বাবা!

করিনোসিদে? চীং অসি শাউরক্লবরনে?

( নেপথ্যদা গুংব-শব্দ )

বিদূ— ( কিহুনা )

মাঙলে, সর্ব্বনাশ! (লৈথাক্তা থুরুথুদক্‌ কুমলগা কোংনা)

ভগবন্‌ বিন্ধ্যাচল

ক্ষমাবিয়ু অমুক্তদি নংনা ঐগী দোষ।
প্রভু, তুজরি ঐহাক্না নথুয়াদা। ঐনা
হায়জরি ইনা পায়হনা, জন্মসিদা অমুক্‌
নিন্দাজয়রোই নহাক্‌পু। কনানো হায়ব্রিবা
হিমাদ্রিবু চীং নিংথৌনি? নংতনি চীংশিঙ্গী
শিরোমণি। ( হৌগৎলগা চিন্তা তৌহনা মথত্তদা )

হেরা, ওসি ঐগী কৈদৌরবা।

খজিক্লিদা অমুক্‌ ক্লিরম্লবা ঐনা? শব্দ
অদু খোম্বাং ওইরম্লিদা।

( নেপথ্যদা মখোম্ত )

বিদূ— ( ইথক্‌ থম্না ) করিনো অসিদে?

সিদি তশেংব খোম্বাংনি। চীংমান্দনিদনা
খোম্বাংজী জন্মস্থানদি। য়েংহুম্ য়েংখিগেদো
মসিগা দারি শাড়না ওহাক্। (স্বর শাংনা)
হে খোম্বাংও।

( নেপথ্যদা— থাং ও। )

বিদূ— নংবু কৈদগীনো ?

( নেপথ্যদা— গীনো ? )

বিদূ— নংবু।

( নেপথ্যদা— নংবু )

বিদূ— হুৎ, নং নচিন্দা উৎ।

( নেপথ্যদা চিন্দা উৎ। )

বিদূ— কনাগী চিন্দনো ? ঐগীদগা নঙ্গীদা ?

( নেপথ্যদা— নঙ্গীদা। )

বিদূ— বাঃ বাঃ ! বাঃ বাঃ !

( নেপথ্য— বোবা। )

বিদূ— হুৎ চিহ্নিব, নংনা ঐ বু চৈ ব সা রি।

( নেপথ্যদা— সারি। )

বিদূ— চৎলো, হৌঙ্কিক্ চৎলো।

( নেপথ্যদা— লো। )

বিদূ— করিনোদা ? নংনা ঐবু থাদোক্কনা চংনিংব্রে ?

( নেপথ্যদা— নিংব্রে। )

বিদূ— হুৎ নূপীসিদে, নংদা চৎখ্রগা লোইব্রে।

( নেপথ্যদা— লোইব্রে। )

বিদূ— নূপীসিবু তাদোক্কবা উপায় অমত্তা উব্রেনা।

( নেপথ্যদা—ব্রেনা। )

বিদূ— 'হুরা ! যেঙ,'হুদি। (ফিরুক্ খুমহুনা নুংপাক্তা ফম্বা)
(রাজা অমুক্ চঙলক্‌পা)

রাজা— (মথন্তুদা)
ঙসি বেশ কয়া লৌরুবেদো ঐদি, মহু হায়বা লুইদা। উপবন অসিদা চঙলগা ঐনা, শাদাম্ব শাহুনা, ওইরুরে মথান্ত অহান্বদা দেবীশিঙ্গী ; মতুংদা ওইরুরে অমুক্ খোঙ্গাং ; অৈক্ত করি ওইদোরিবা অমুক্।
(চাং মরুম্‌দা লৈবা)

বিদূ— (ফিরুক্ হাংদোক্লগা মথন্তুদা)
চৎখে্‌দো নুপীহু। খোঙ্গাং তোম্বী, কৈদনো নং ? রাম রাম, বাবা কোক্লে।
(মাহুগৈ মরি য়েংলগা)

বাঃবাঃ ! য়েঙ্, কয়া ফজব ঈফুৎনো ! ঈশিং অমুম্ব উবদা খোরাংলক্‌ই নিংথম্‌দম্ব। ঐগীদি চেৎথুব রাশক্ অমা লৈরি—ঈশিং করিমতা থক্লোই খজিক্তং চাদনা। কয়া ঙক্লবা ! সিদহুম্ উরেনা নিংথিনা মুম্ব কফোই অমথক্তুম্। মী-তাদব লম্ অসিদা পীজরোইদরনে হৈ-রা থরদং ব্রাহ্মণ জাৎ কব অমবু ?
(কফোই লৌবা)

নেপথ্যদা— হৈ, বদমাস, হুরাম্ব, থঙত্রা নং শংজিসে যক্ষ রাজ মক্লা, দেব উপবন অসে ?

বিদূ— (কিহুনা মথন্তুদা)

এ ৰাবা। করম্না ফম্নি'মুক্ লৈবাক্ চাদুনা

নেপথ্যদা— হৈ হৈ পাপী, লাক্লে হৈ ঐ নকোক্ত্ কক্লবা।

( হুঙ্কার তৌব শব্দ )

বিদূ— ( কিরদুনা লৈবাক্তা থুক্ল থুদক্ কুন্দুনা-ফোংনা )

হে যক্ষরাজ, হন্দক্তং কম্বিয়ু ঐ হা ক্ পু নহাক্লা। য়'ম্ন' লাইরব ব্রাহ্মণ অমনি ঐদি। তৌনরে কর্ম্মস ইবুঙ্গোদমক্তা।

নেপথ্যদা— হৈ মিথ্যাবাদী, ব্রাহ্মণ ব'শদা পোক্লকপ মহাত্মা অদুনা হুব্রা মীগী লন্ কদৌউ ?

বিদূ— ( কিদুনা )

হে যক্ষরাজ, মিনম্বা হায়রবদি ঐনা, নকোক্ চাবা শক্লে। অশেংব ব্রাহ্মণি ঐদি ৰাশক্লি নহাক্লী নকমদা ঐহাক্লা, মীগী পোৎ কদৌউ অমুক্ হুরবদি ঐনা, পুরোন্তরেৎ নোবোক্ তাগে। নাতোন্দা থুগাপ্পি কাপ্পুনা হাযরিনি—

নেপথ্যদা— কাপ্পু কাপ্পু।

বিদূ— (কাপ্পগা) অতৈ করি য়াথংবিবা ?

নেপথ্যদা— অসিদা নং করিগী লাক্লিবা ?

বিদূ— ( মথক্তদা )

হিংলেদনা! হংবু হংবিবক্তে হৈ-ম্না কম্না হুদুনা চাথিবদুদি। (ফোংনা)

যক্ষরাজ, করি হায়নি অৱাবগী ৱাদি। বিদর্ভগী য়াজা

ইন্দ্রনীলগা লোয়ননা লাক্লিবনি ঐদি
নহাক্কী উপবন্সিদা।

নেপথ্য— 'হু বো? বি দ র্ভ গী
ইন্দ্রনীল রায় রায়া কত্তব মীনিনা।
মা নত্তরা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈরিবা রায়া?

বিদূ— পুন্নমক্ খওবিনা'সিদে, অতৈ করিঅমুক্
হায়গনি ঐনা নঙোন্দা। রাজানেয়ে বেটা
প্রজাশিংদগী অউব পোচ্চৈ মথৈ হেক্কা
লৌশিল্লি লুট্-পাৎ তৌত্নুনা।

নেপথ্যদা— অওইবরা? মারা
মচৎ রায়া চুম্দে হায়দো?

বিদূ— মহাশয় মহু
হায়বিরমু, লৈবা লুরে মাই-রাজ্যদা। বেটা
রাবণগী ম বু থৌ নি।

নেপথ্যদা— অওইবরা? নুপী
কয়াদি শুরে রাজাগী?

বিদূ— অস্তা, হৌজিক্ ফাওবা
বেটা নুহোংদরি।

নেপথ্যদা— করিননো?

বিদূ— ম হা শ য়,
থম্থেঙি লীক্পদা বেটা। পৈশা তিংনি হায়না
নুহোংগ্রিবা।

(রাজা অমুক্ চঙলক্পা)

রাজা— করি দ্বিজবর, অ চু ব রা
পুন্নমক্সি? প্রজা নৈব্রা ঐনা? ঐনা হেঙ্গ্রা

হুরাচার দশাননদৈ ? ঐনা নুপোংহত্রা
পৈশা তিন্দনি হায়রছনা ?

বিদূ— ( মথন্তদা ) সর্ব্বনাশ শারে !
যক্ষরাজ নত্তে'সিদে, সিদি ইন্দ্রনীল
রাজানিনা । করি তৌনি ছৌজিক্ ! চৈ-থাংখরে
মাবু , শরু-শয়াং হৌজিক্ থ্ দেক্লরনিদো ।

রাজ— কৈনো সখা মানবক তুমিল্লৈরবদি
কৈদৌরে ? নকোক্ হৌজিক্ কক্-তারে ঐমক্লা ।

বিদূ— হাঃহাঃহাঃহাঃ । ( হৌনা নোক্পা )

রাজা— কৈনো কৈনো, নোঙ্গিন্ কৈশিন্দুনা
ভোক্কদৌবোই নিংত্রা ?

বিদূ— হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ( হৌনা নোক্পা )

রাজ— দুর মূর্খ ।
ভাওরত্রা নংবু ?

বিদূ— হাঃ হাঃ হাঃ ! * বয়স্ত, ঐহাক্লা
নংবু খঙদমাল্লে হায়না নংনদি খল্লবা ।
হাঃ হাঃ হাঃ !

হায়ুদো'হুদি, করম্না খঙলবা ?

বিদূ— মহারাজ, শামু ঙংবা তাবদা কনানা
থম্বগে হঙোই পোবোবী খোংশিবনি হায়না ।
সিংহগী সিংহনাদবু মখোনাউ শেগায়ব
গাধাগী মখোল্লা ! হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ (হৌনা নোকপা)

ফরে'হুদি,
করিগীনো নিন্দাম্বিবা অহুক্ ঐবু নংনা ?

* চায়ব মক্লপ্

বিদূ— বয়স্য, পাপ তৌরব্দি চাদৌনি মতুগী মহৈ, অন্ন অসিদদু। য়েঙ্‌্দো, নহাক্না সদব্রাহ্মণ অমবু কিহন্দুনা মাবু নংহন্‌গে থৌরাংলম্বগী নহাক্‌পু নিন্দাব— অথাব-ঈশিং থরদং তারেদনা থক্‌পা।

রাজা— ( নোক্ত্‌না )

সখা, নহাক্কী বুদ্ধিসি অগাধনি। ফরে, ঙসি ঐনা উপবন'সিদা থেংনরম্বী অঙকপ ঘটনা কয়া, ঙকনি নহাক্মু মতু তাবদা।

বিদূ— করম্না মহারাজ! করি থোক খিবা, তাক্‌পিযদনা ?

রাজা— হায়বা য়াদে বাত্র মফম্‌সিদা। চচ্ছি হৌজিক্ দেশদা। মতুংদা হায়গে বা পূম্নমক্ অত্র।

বিদূ— লেঙ্ঙবিরে! অচুদি।

( থর চৎলগা লেপ্‌্না লৈবা )

রাজা— কৈদৌরবা অমুক্? কৈদৌ লেপ্লিবা ?

বিদূ— বয়স্য, থ'ল্লিবা—যক্ষরাজস্যু 'সিদা লৈ তে, 'দু দি করিগী হুন্দোক্লম্‌দগে অমুত্র কফোইসি ?

রাজা— ( নোক্ত্‌না )

কনানাবু লংশেক্লম্মু হায়বগে ; লৌদনা।

বিদূ— সনায়াথং। ( কফোই লৌবা )

রাজা— চৎলো চৎলো, হৌজিক্তি চৎলসি।

থা নৈ শেং না লাক্লমদি যক্ষরাজ, করি থোক্লম্‌গবা ?

বিদূ— অজ্ঞা—থোইনা কত্তব বা নত্তে মত্র ; থুনমক্ লেঙবিরো ।

( অনিমক্ থোক্‌খিবা )

ইতি পদ্মাবতী নাটক্কী অহাম্ব অঙ্ক ।

---

## অনিশুব অঙ্ক

### অহাম্ব গর্ভাঙ্ক

### মাহেশ্বরী পুরী, রাজ শুদ্ধান্তগী উদ্যান

( পদ্মাবতী অমসুং সখী চঙলক্‌পা )

পদ্ম— ( আকাশদা য়েংদুনা ) সখি, সূর্য্যদেব লেঙ্‌শিন্‌থরে, মসুংশা থর-থরদি অদুবু নৈরিনেসে হৌজিক্ কাওবা ।

সখী— প্রিয়সখি, য়েঙ্ অদুমক্‌পু, আদু তাম্না নত্রা থোক্লিবসে আতিয়াদা ?

পদ্মা— মসিবু নং খঙদরনে, সখি ? ভগবতী রোহিনীনি মসে । মাগী মনঃ অসুক্ চরাঙনরে চন্দ্র কায়নবদা ; ইকাই-ইকি থাদোক্‌না মহাক্ লাক্লি নৈদা মাবু ভাইদুনা নৈরি মথন্তা ।

সখি— প্রিয়সখি, ফরে,
অহুবু য়েঙ্ অমুক্ত অসোম্দা। কয়াত
চমৎকারনো !

পদ্মা— কৈনোনে, কৈদৌরে ?

সখী— য়েঙ্তু
মধুথক্প মধুথক্পে লাক্লে, মালতীগী,
তো মলয়-মালংবনা, শাওরমাল্লে-মাবু
তোংহন্দরে মিকুপ্ অমা ফাওবম্ তঙতানা।
অতুগা য়েঙ্নে, কয়া পাম্নিবা মসিন্ !
মলয়ানা তাম্লি মাবু হয়। হয়া, মাম্
তোংলি হঙ্গিন্ হঙ্গিন্ পাইরক্তুনা হয়া হয়া।

পদ্মা— সখি, চৎলসি য়েঙ্সি, বিদায় তৌদুনা
মাগী মবুঙোবু চক্রবাকীনা, মথস্ত
হৌজিক্ কৈদৌরিবা।

সখি— কায়দেদা, প্রিয়সখি !
মহুই শরুক্পুদি চচ্ছি য়েঙ্সি, থরোনা
ঙসি করি শেচ্ছাদুনা বিধুবু ঙাইরিবা
মহাক্নী বাসর শঙদা।

পদ্ম — সখি, তুঙাইবগী
মনাক্তা চৎলুরে'দুঙাই, চত্রে'দুঙাইদনা !
'দুবু অরাবগী নাক্তা চত্নুনা অথুম
রাহৈ অমা-অনি হায়রুরবদি শোয়দনা
মকারায়িদো মহাক্নী মনঃ। উরে ঐদি
অরাংবদা নোং চুরব্দি য়ায়া থুনা য়াঙনা
চেহুখি ঊশিংদো, 'দুবু মরুভুমি'মনা

ফংলবদি ঈশিংশীবৈ ক্পা কৈশুবদা,
থকুইদো মাদি থৌরাংনা মহু খুদক্ক্দা।

( পরিচারিকা চঙলক্পা )

পরি— রাজ-কুমারী লাক্লিয়ে ছবিয়োবী অমা ছবি য়োয়বগী; ইবেম্মনা য়াথংলব্বি, কৌশিল্লকে মাবু'সিদা। অফ-ফব ছবি মথম্মথা কয়া কয়া য়াওরি হায় মহাক্লা।

সখী— ছৎ, হৌজিক্ ছবি য়েংবা মতম্মা ?

পদ্মা— কৈদোদনা ?

অহুক্ হাক্লা মম্রিদনা হৌজিক্ ( পরিচারিকাদা ) চংলো, চংলো,

কৌশিল্লদো ছবি য়োবী 'হুবু।

পরি— ইনক্কা,

রাজনান্দনি, লৈ মাদি। ( থোন্ হৌনা )

ছবিয়োবী, তাত্রা,

কৌরি নংবু মজাইবেম্মনা।

নেপথ্যদা— লাক্চরে ঐ।

( ছবিয়োন্বী শানা বত্তিদেবী চঙলকপা )

সখী— ( মী তাহন্দনা পদ্মাবতীদা )

জাৎ-তোম্বদা পোক্লবসু, প্রিয়সখি, য়েঙ্, মিৎ পেল্লিদো মশক্-মতৌ উবদা মহাক্কী।

পদ্মা— ( লোন্না সখীদা )

নং ন দি থল্লিদো, সখি, হীরা মণি-মুক্তা নিংথৌকোন্দতা লৈবনি। ইমম্মম্ থ নি চা-কয়াদসু ফংনরি। উরিব অ রং ব

মুক্তা অসি পোক্লক্‌পনি মশক্‌-থিব কোঙ্গ্ৰং অমগী গর্ভদৈ। 'ত্রুপা নজিনীবু মীনা হায়নৈ ঈশ্বরীনি লৈবাংশিঙ্গী, মাগী জন্ম লৈখোম্‌দা। ( রতিরোম্‌দা )

করি হায়নিঙি নংদি ?

রতি— অঃহা! লাইবক্‌ ফৈদা রাজা ইন্দ্রনীল। শচী ম্নজাগী দর্প থুদেক্লুনা ঐগী মান তাক্‌থে, মানা, অমূল্য-রত্নাস পীবা তারেদনা ঐ না মঙোন্দা।

পদ্মা— চি ত্র য়ো খী, তুমিন্নৈরবোইরে নংদি ? কিমু কিমু। কনাই মতিক্‌ লৈনি'সিদা নংবু অত্যাচাব তৌবা।

রতি— রাজকন্যানিদো ইবেম্মদি, চিন্‌ কাংখোক্‌পা কিজৈ ইবেম্মদা।

পদ্মা— ( নোক্লুনা )

কৈদোদনা ? রাক্ষসীরা রাজকন্যাশিংদি ? নখোয়গুম্ব মীনিদনা মখোয়সু।

রতি— ( মথন্তদা ) নিংথিদা! নূপীমচাসি ফজেদা মবুক্স্নু তি ভি দা!

পদ্মা— ( নূংপাক্তা কন্নগা )

চিত্রয়োখী, কন্নসিনি ঐদি, নঙ্গী চিত্র পূম্নমক্ত য়েংহল্লুদো অমমম্‌ তৌদুনা।

রতি— কনি, অজ্ঞা, য়েংহঙ্গগে।

পদ্মা— চিত্রয়োখী, নংদি কদায়দা লৈ ?

রতি— অজা, চীংদা লৈবনি ঐখোয়দি।

পদ্মা— নঙী স্বামী লৈব্রা ?

রতি— রাজকুমারি, ঐহাক্কী
স্বামী লাইবক্ থীবৈ বাবু কৈদৌ হংবিরিবা ?
মৈনা চাক্লবস্থ শিদে মাদি। 'ঙুগা চখি
চখি মকম্‌দা ভাওহল্লি শূন্যা মীগী মনঃ।

সখী— প্রিয়সখি, চিত্র য়েংবিনিংলবদি, অমুক্
থীখিরন্থু।

পদ্মা— চিত্রয়োবী, য়েংহল্লো নং চিত্র।

রতি— য়েংবিয়ু অসি। ( চিত্র অমা লাপ্সিৰা )

পদ্মা— ( য়েংলগা সখীদা ) য়েঙ্‌ুদো, সখি, সীতাদেবী
রাক্ষসীশিঙ্গী ময়ায়দা কপ্লিরি কমৃদুনা
অশোক কানন্দা। অঃহা ! নোংপরেং কোয়শিল্লী
সৌদামিনি মাল্লে। নত্রে, কং-চৱাং কোয়শিল্লী
মৃণালিনীমাল্লে। 'ঙুগা আহ্ন উশাথক্তা
তোংলিবা য়োংনাউসি বায়ুপুত্র হনুমাল্লি।
য়েংঙু, জানকীগী দশা মমিত্তগী মপি
শিন্থরি মরি তত্তনা নোক্লী ধারাশুম্না।
সখি, ত্রেতা যুক্তী বানি পূম্নমক্ অসিদি,
'হুবু হৌজিক্ হৃদয় শেৎ-কায় নীশিংবদা।

রতি— ( মথন্থদা )
ওয়োক্‌পনি ! 'সিবু দয়ালৈবী অচৰীরা !
ভগবতী বৈদেহীগী অৱাবদা মাগী
মমিৎ থুন্রে মপিন্তনা। ( কোংনা )
রাজনন্দিনীজী

য়েংবিসি অতৈম্‌। ( চিত্র অতৈ অমা পীবা )

পদ্মা— দ্রৌপদী স্বয়ম্বরনি।
তোত্তো, লীরুং তেন্‌ পায়দুনা উদব-লক্ষ্যদা
আকাশরোম্‌দা য়েংলিব ব্রাহ্মণসি থাদৈ-
শেংব ব্রাহ্মণ নত্তেদে। মহাক্‌ মশক্‌ লোৎপ
ধনঞ্জয়। আদু যজ্ঞসেনী।

রতি— (পদ্মাবতীবোম্‌দা ) রাজকন্যা,
মিৎয়েং তাবিয়ুদা চিত্র অসিমা অঃকুং,
( চিত্র পীবা )

পদ্মা— ( য়েংলগা ইকিং কিংনা রতিরোম্‌দা )
চিত্রযোধী, মসিমদি কনাগী চিত্রনো?

রতি— অজ্ঞা, ঐনা ইবেম্বদা—( তংথাই হায়রগা )

পদ্মা— সখি— ( মূর্চ্ছা ওইখিবা )

সখী— ( পদ্মাবতীবু তম্বাক্তা পম্‌দুন। )
কৈনোসিদে! প্রিয়সখী জ্ঞান
মাণ্ডদুনা তুরে খুদক্তা। ( পবিচারিকারোম্‌দা )
মাধবী, থুরক্‌উ,
ঈশিং থয় থুনা পুরক্‌উদো চেল্লক্‌উদো।
( পরিচারিকা চেম্বোক্‌খিবা )

রতি— (মথন্তদা )
ইন্দ্রনীলগী মকম্‌দা *পূর্ব্বরাগ অমুক্‌
লৈবসি পদ্মাবতীগী, খওলম্‌দেনা ঐদি।
মখোয় অনিবু স্বপ্নদা উনহুম্বদুদা
করায়ক্‌, মখোয় অনিনা অমুক্‌ মুংশিনরে

*শক্ত উবদা মুংশিবা, The first love

মহৈ-মহৈবু। মসিদি ফনতুম্ করেদো।
দরকার লৈত্রে অমুক্ হৌজিক্ ঐনা 'সিদা
লৈরুবগী। শচী 'ভুগা ৯রজাগী অশাও—
মৈনা থোক্‌হৃম্বা য়াবগে করি অরা-নংবা
পদ্মাবতী? বারিসি সিসিংনা ঐহাক্না
হ জ ৎ লু র ব দি ভগবতী— ভবানীদা,
কু প া বি গ নি মহাক্না পদ্মাবতী 'সিবু,
সন্দেহ তৌনিঙাই লৈতে করিসু মসিদা।
(অন্তর্ধান ওইখিবা)

সখী— (মথন্তদা)
অৱাবনি! প্রিয়সখী জ্ঞান মাঙলবকো
খঙহৌদনা, মরম্ করি 'সিগী ওইরিগবা?

পদ্মা— (হৌগৎলগা ইফিং ফিংনা)
সখি, কদায়দা চৎখরে চিত্রয়োম্বী?

সখী— কদায়,
উদ্রেনা মাবু নং—জ্ঞান তাদবা উবদা
ঈশিং লৌবা চৎখিমাল্লে মাধবীগা।

পদ্মা— (ইফিং ফিংনা) 'ভুদী
চিত্র অদু পুথ্রবা মানা?

সখী— নমাঙমক্তা
তাদুনা লৈরি চিত্রদু।

পদ্মা— (ইফিং ফিংনা চিত্র লৌদুনা কোম্লগা)
সখি, নংনা অতৈ-
করিগুম্বদ উথ্রবা চিত্রয়োম্বী 'সিবু?

সখী— প্রিয়সখি, যত্ন অসুক্ তৌনা চিত্রছবু
লোচ্ছিল্লবরা নবুক্তা ?

পদ্মা— ঐ-হংশিবসিগী
কৈদৌ উত্তর পীগ্রিবা । ? চিত্রয়োম্বী সিবু
করিগুম্বদা উথ্রবা নংনা, তারবরা ?

সখী— কদায়দা উদগে মাবু ঐনা ?
(ঈশিং পুত্বনা পরিচারিকা চঙলক্পা )

পরি— ঐনা ঈশিং,
লৌথি্নৈঙদা ফরয়েনা রাজনন্দিনীদি,
ফরে ফরে ।

সখী— অ মাধবি, চিত্রয়োম্বী অদু—
কদোম্দা চংখিগে নংদি উহৌত্রা ?

পরি— কৈদৌরে ?
অসিদা মা লৈহৌবদাই । ঐগা চংমিন্নদে
মাদি । চংলে, হম্মুখিগে ঐ খুজাইসি হৌজিক্ ।

পদ্মা— ( মাইগৈ মরি য়েংলগা ) ( থোক্থিবা )
কয়া ঙক্থ্রবনো ! সখি, ঐনা সুম খঙদা
অচম্বী নুপী ওইরম্মোই চিত্রয়োম্বী অসি ।

সখী— ( মাইগৈ মরি য়েংলগা )
চুম্মীনে, ফ্রং পাইথ্রবরা মহাক্ উচেক্তোনা ?

পদ্মা— য়েঙু, সখি, কনাদস্ু রারি শাম্নুকো নং ।

সখী— প্রিয়সখি, থিংলবদি নংনা, শাররোইদা ।
( নেপথ্যদা যন্ত্র ময়াম্গী ধ্বনি )
তারোদো, সঙ্গীত শঙদা হৌরে ঈশৈ-নোংমাই ।
চংলো, চংলসি ঐখোয় ।

পদ্মা— নং চৎলো, সখি, ঐদি
লৈমিঙি 'সিদা গুহাক্তং।

সখী— প্রিয়সখি, নং বু
চন্দ্রবদি, মখোয় কনানবু থবাই যাওনা
শরুদগে, থোঙদগে ?

পদ্ম'— চৎলম্মো, লাক্লগে।
নিপুণিকাদা হায়রু নং সুর শেয়বগী
ঐগী বীণা।

সখী— করে-'দুদি চৎলম্মগে ঐদি।
(থোক্‌খিবা)

পদ্মা— হে রজনী দেবি, জগৎ পুন্নমক্ অসিদা
অমুক্ বাব মী কনা লৈ, মহাক্না নঙোন্দা
হায়দবা মপুক্লিদী বা ? য়েঙ্দনা, তোতো
শগোন্ হিদাক্নপান্, যাদি মুখিং চুপ্পা তুম্বিন্
লৈ ইকাইবনা অত্তগা মথবাই বাবনা,
করিনা, বিধিনা যাবু শেখিরয়বসু
পরমসুন্দরী, হু চেল্‌হল্লে মচিথাক্লা,
'দুবু নং লাক্‌পদা যাসু শাচ্চে ইকাই-ইকি
থাদোক্তুনা। হে জননি, দয়াচেষ্বীনি নং।
(কোইচচ্চৎলগা)।
যায়দা! ঐগী কৈদৌরবা! গুসি কয়ানিদে
ঐদি অহিং থুদিং মগুলি অঙক্‌প মও অমা,
অতৈ কনাদা হায়সিগে মত্তুগী বায়মস্থ ?
যাব্-কজব নিপা'মনা লেপ্তুনা ইনাক্তা
হায়রবগুম্ তৌই যসি—"য়াইকবী, ঐহাক্তী

থ ম্মো ই-ঐ পা ঙ্খি বু লৈতেংহন্নবগীদমক্
নহাক্তু য সনা-থবান্ শেন্নম্নে বিধিনা।
প্রিয়ে, নং ঐগনি।" হায়বিরমগা মসিদং
অন্তর্ধান ওইখি মহাক্কাত্নু। মসি মাগী
* প্রতিমূর্ত্তিনি। ঐঙোন্দা অমূল্য রত্নসি
পী র ম গা চংশিখ্রব চিত্রয়োম্বী অত্থ
কনানো? (চিত্রয়েংবা অমম্মং মর হোন্দোক্পা)
হে প্রাণনাথ, অমম্ব অহিংদা
নং না মনঃ হুবিরুব মুমুত্থনা হায়জৈ
নঙোন্দা—কিবা লৈতনা মাগী লৈহৌরিব
মখৈত্থম হুবিরয়ো।
(নেপথ্যদা) নাক্তিব্রা হৌজিক্কাও
রাজকুমারীবু? মহাক্ নাক্তুবদি ঐ শৈ
হৌখিরোই ঐথোয়দি।

পদ্মা— (মথম্মদা) হাহা! অসিগুম্ব দশা
ঐগী কৈদৌ থোক্লমবা? স্বপ্নদেবি, মসি
নঙ্গী লীলা ওইরবদি, দাসীসিদা নংনা
পীরম্ম যন্ত্রণা অমুক্ত অয়েদা। (মরশাংনা হোন্দোক্লগা)
ঐ না
কাউবা ওম্গদরা অমুক্ জন্মসিদা বায়ম্
পুন্নমখি?
(পরিচারিকা অমুক্ চঙলক্পা)

পরি— রাজকন্যা, ইবেম্মা লা কু খি
ঐশৈ শক্লিংদে কনাম্ম। বীণা সুর শেয়ে

* picture

নিপুণিকানসু ইবেশ্মগী।

পদ্মা— চ ছি 'হু দি।

( অনিরুদ্ধ থোক্‌খিবা )

( শচী অমসুং মুরজা চঙলক্‌পা )

শচী— ( শাউনা )

সখি, রতিবুদি নংদি খঙিরোইদো মুন্না। মা়না ভম্‌দব থবক্‌পু লৈব্রা? য়েঙ্‌ন্দনা, রুদ্রদেবনা শাউবদা মাগী মনাক্‌ নক্‌পা কি রি ব নি ভ গ ব তী ভবানীসু, 'হুবু রতিদি মহাক্কী নাক্তা ইরাইলাইনা কপ্পা কপ্পা চম্বিদুনা পিনা মুখৎলি মহাক্কী অশাওব-মৈ। কনা থুদবগে রতি-লাংদা? অনিশুব্রা অসিশুব নূপী দেবৈ-রক্তা?

মুর— 'হুদি অসিদা লাক্লগা করি তৌখে মানা?

শচী— তৌ দ বা লৈবরা? মাহেশ্বরী পুরীসিগী রাজা যজ্ঞসেন-কন্যা প দ্মা ব তী গু মা ক্ষত্রী-নূপী লৈতেদো পৃথিবীদা। কন্যা অ সি গা ক শু ব ইন্দ্রনীলগা বি বা হ তৌনবৈ হোৎনরি রতি। সখি, স্ত্রীরত্নসি ই ন্দ্র নী ল দা র তি না পীখ্রবদি, মান লৈগত্রা ঐখোয়গী?

মুর— লৈত্রে চিংননিঙাই। মানা করম্না হোৎনরিবা মহু, ভায়ত্রা পাউ-থম?

শচী— কৈদো তারোইদগে? অহিং খুদিংদা লাক্লনা আলিঙ্গন তৌই মানা ইন্দ্রনীল শানা

মঙদা পদ্মাবতী হুবু, নুপী মচাহুম্
অহুনা পুম্ঙাও ঙাওরক্লে ইন্দ্রনীলেদমক্।

মুর— বাঃ, বতিগী বুদ্ধিসিদে !

শচী— বুদ্ধিদরা ? তাখো
অতৈ। বাজলক্ষ্মী শানা ঙরাং অহিং মানা
হায়খরে অমুক্ মমঙদা রাজা যজ্ঞসেন্দা—
থ্নমক্ পদ্মাবতীগী স্বয়ম্বর মহা—
আডম্বর তৌনা থোরাং তৌদ্রবদি মরায়—
চায়্‌ন মহাক্।

মুর— কয়াদনো ? তৌ-ঙমখে্দা !
স্বয়ম্বর ওইরবদি লাকনি শোৎদনা
ইন্দ্রনীল। 'হুগা ইন্দ্রনীলদু উবদা
হেক্তমক্ পদ্মাবতীনা বরিনি মাণ্ত।

শচী— মাঙলেদনা 'হুওইরদি ঐখোয়দি। কনানা
মানিদগে, পূজাদগে ঐখোয়বু পৃথ্বীদা ?
সখি, অতৈ কবি হায়নি নঙোন্দা। বা অসি
নীংশিংবদা ইমিক্তা পি চেল্লি শাউনিংবনা।
য়েঙ্, 'হুগা, রাজা যজ্ঞসেন, মন্ত্রীশিঙ্গা
স্বয়ম্বরগী বিষয় থন্নরিদো ঙসি।

মুর— 'হুদি লৈত্রেনা সময়। কৈদোউরে হৌজিক্?
কৈনো, কৈনো ? ( নেপথ্যদা যন্ত্র যম্মাম্‌গী ধ্বনি )
মধুরনি, বাঃবাঃ ! মখোম্সিদে।
সখি, ননাকোংনা তাও অমুক্ত। মুক্ মুংশিব
ধ্বনি অতাঙবনি নঙ্গী স্বর্গপুরদমু।

শচী— অঃহা ! নঙ্গী নডৌমক্লে। হৌজিক্ পুন্নমক্লি
হুগ্অইগদ্রা ?

নেপথ্যদা— সে-ইতা নং, হোৱোনা কৈদোৱে ?

নেপথ্যদা— তুমিহৈয়ু-তুমিহৈয়ু। তাওদো, হোৱেদনা রাজনন্দিনীনা। ( বীণা ধ্বনি )

নেপথ্যদা— বাঃ। রাজনন্দিনি, নংনা মুল্লবোইরে ভগবতী বীণাপাণি-বীণা ?

নেপথ্যদা— তুমিহৈয়ুবা, কৰিগী অসুক্ লাঙলিবগে ?

## গীত

### খম্বাজ—মধ্যমান

কৈদৌ য়েংলুরিবা মাবু।
তম্থিব প্রেমগী মৈনা চাক্হন্লমাল্লে ঐবু॥
মপোক্কী পংজব মনঃ,
খঙজদে কম্দৌব প্রেম,
খুসিনা মীথা পোৱনা, দিবানিশি খল্লি মাবু।
কয়া হোৎনৈ কাউননবা,
মোল্লা মত্তুদি ঙমদবা,
রাথন্ তৌরক্ তৌরক্পদা, মহু থোরক্ই থমুংদা।
ইকাইবনা মুন্দী বা বা,
কৈদা ফোংদোক্পা ঙম্দবা,
লোম্বোক্তবৈ মঙ-মতৌঙম, শিজৈ ক্র ক্রনা ময়্দা॥

---

সুর— শচীদেবি, শুদ্ৎলম্বা নন্দন কানন্দা উর্ব্বশী—চারুনেত্রাগী মধুর স্বরনা ঐথোয়বু ?

শচী— সখি, অচাক্‌প মৈসিদা নহাক্ন্‌
ঘী হৈথগে হোৎনরক্রা ? বতিগী কামনা,
য়েঙু, মহৈ হেক্‌ য়াম্বদা, থক্লনি ফত্তব
ইন্দ্রনীল মক্লা দিবানিশি অমৃতসি।
( স্বর শাংনা হোন্দোক্ত্না )
সখি যক্ষরাণি, কনা লৈরিগে ঐ-দোন।
লাইবক্‌ থীবী ? অয়েম্বদা ঐহাক পু ইন্দ্রাণী
হায়রি থ্বাইনা। উকুপ্পানা পাইহল্লি বজ্রনা
অবাংব-চীংদোন্‌ চা-কয়া ঐ-ইপুরোইবনা ;
অচৌব-উ-নিংথৌ কয়া কয়া উৎ-ওইহল্লি ;
'হুবু ঐনা, য়েঙু, ভম্‌দ্রে দণ্ড খিত্তং পীবা
কৈস্থ লৈতব মী'মদা। হাহা, কৈ মুভাইনি
ঐনা হিংহুনা !

মুর— অদুদি, সখি, নঙী ইচ্ছা
অসিয়া—ইন্দ্রনীলবু শাস্তিনবৈদমক্‌
অবাবা নংহনগে নৃপী মচা অসিবুস্থ ?

শচী— করি নংহল্লোই ? * পরমায় চণ্ডালদা
পীবৈ মহুক্তা ঈশিংদা হৈদোক্‌পস্থ কৈদা।
য়েঙু, দুষ্ট দমনগীদমক্‌ বিধাতা না
মতম্‌ মতম্‌দা ঈশিংদা লুপহল্লি পৃথ্বীবু।

মুর— অদুদি, সখি, চৎলসি, ঐথোয় কলি নাক্তা,
শোয়দনা মানা ভম্‌গনি যেসা উপায়'মা
বিবয় অসিগী।

শচী— ( চিন্তা তৌরগা ) হোইদা, অচুম্ব বানিদা।

---

* বঙোম্‌ ক্ষীর

সহায় তৌবা ঙম্‌গনি ঐখোয়গী কলিনা
খিবয় অসিগীদমক্‌। সখি, চক্ষি'হুদি
ঐখোয় অনি য়াম্না থুনা মহাক্কী মকম্‌দা।

( অনিমক্‌ থোক্‌খিবা )

**ইতি পদ্মাবতী নাটক্কী অনিশুব অঙ্কগী অহান্ব গর্ভাঙ্ক।**

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

### মাহেশ্বরীপুরী, রাজধানী

( কঞ্চুকী চঙলক্‌পা )

কঞ্চুকী— ( মথন্তদা )

ওয়োক্‌ইদা ! চীংনিংথৌগী ঙক্কা ঙাম্ব রত্ন—
মমল্লাইদব লন্দুবু কদৌঙৈ মহাক্না
হেক্কা পীবগে অতৈদা ? গজরাজ কোক্কা-
থোক্‌প মুক্তা ময়াম্‌হুবু, কদৌঙৈ কনানা
কংবগে খিন্‌গাইদ্রিঙৈদা মকোক্‌তুবু হান্না ?
থ্বাইনা খঙি, সুরাসুর ভিন্নদুনা কয়া
চেক্মিন্না সিন্ধু নৈবদা, অমৃত কংলম্বী—
সাগরবু ওৎ-নৈবনা কয়া রাহল্লম্বী !
হাহা, কনা পীবা ঙম্বী অতৈনা পীনিংনা
মণিহুবু মীগী মথুম্‌ লংহবততনা।
( চিন্তা তৌরগা )
'হুবু বিধিগী বিধিসি কাম্বা কনা ঙম্বা ?

মহৈ উবরা কদৌঙৈ পাখীগী ছায়াদা?
থম্বান্ শাৎলগা পুত্রীদা, হরাওনা হেক্তুনা
পু'রদনা মীনা মহ! মলয়-মালংব,
লৈরাং-লৈকোন্-মরন্-মনম্ মুংশিব হুহুনা,
দেশ দেশদা হরাওনা কোইচচ্ছৎলিদনা।
হিমাদ্রীগী-সনা সঙ্গাই থাদোক্তুনা সতী—
ভব-ভাবিনী ভবানী ভজিরি ভবযু।
( কোইচচ্ছৎপা )
মচা-নূপী পোক্প মীনা নঙিঙ যন্ত্রণাসি!
( স্বর শাংনা হোন্দোক্পা )
প্রভু, নহাক্কী ইচ্ছানি! অদুবু, হৌজিক্তি
মহারাজ স্না নোংদম্লে—মজা ইবে স্মগী
স্বয়ম্বরদা। থোইদোক্লা হরাওনিঙাইনি'সি।
হৌজিক্ ঈশ্বর কৃপানা কন্যাসিনা মতিক্-
মপা চাব বর ফংজসনু। ( নেপথ্যদা য়েংলগা ফোংনা )
কনা নোনে?
( সখী চঙলবৃপা )
বসুমতীরা? লাউদনা, হমুব ব্রাহ্মণ্নি
ঐদি—মতম্ ওইরক্পনা উদ্রে ইমিৎ-ইনা,
'হুবু পূর্ণিমা থোক্পদা খঙিঙ মাবু হেক্তা।
লাউ-চঙলকৃউ।

সখী— অজ্ঞাপুরেন্, প্রণাম তৌজরি।

কঞ্চু— মঙ্গল ওইযু।

সখী— ঐখোয়গী প্রিয় সখীগীরা
স্বয়ম্বর, মহাশয়, তৌদোরি হায়ববু?

কঞ্চু— নঙোন্দা বাসি কনানা হায়রিবা ?

সখী— অহায়ব থিডনা কৈ কান্নদগে ? 'সিবু অচুম্বরা ?

কঞ্চু— বাঃ করম্না চুম্‌দোরিবা ? নঙ্গী প্রিয়সখী পাঞ্চালী নত্তি নত্তনা মাগী পঞ্চস্বামী লৈদোবা। ঐ লৈরিবৈঙদা মহাক্কী বিবাহ য়াববা অতুক্ ? হম্নুরে হায়দুনা হররু থাদোক্পা য়াব্রা গৌরীনা ? ( নোক্পা )

সখী— ( মথস্তদা ) চুৎ হম্নুবসিদে।
( মখুৎ পায়ডনা ফোংনা )
অজ্ঞাপুবেন্ ! নখোং পায়রিসিনি, হায়বিয়ুবা, অচুম্ববা বা অসিবু ?

কঞ্চু— কৈনো কৈনো ? থোঙখুৎ পায়মুদো। খঙদরা নংদি, অকংব উপায়্ লৈগ্নেনা শোক পদা, মহ চাক্ ইদো খুদক্তা।

সখী— অহুদি ঐ চৎলে।

কঞ্চু— কৈদোরবা ?

সখী— কৈ কাম্ননি অসিদা লৈহনা ? ঈ-পাউ অমত্তম্ন ফংদে পুরেন্দগী।

কঞ্চু— ( নোক্তুনা ) সেসে, ঐসে নিংথোকোন্দা সনা-থোগন্দুনা হম্নুরেদো। ঘুষ পীদ্রবদি ঐঙোন্দা, থবক্ অমত্তা ঐঙোন্দগী ওইবা য়াদ্রা ? থাউ হাপ্তব কোলু ইরাই লাইনা লৈব্রা ?

সখী— আচ্ছা ! মমাসিজৈদমক্ সনাগী কাম্নদা মসলা হাপ্তুনা শুব কাথর লৌরুরা ?

ম্লাদ্রা অদু ওইরবদি ?

কঞ্চু— কাতনা ম্লা গ দ্রা ?

মিঠাই-টিঠাই থব ম্লাওবা ভম্‌গদ্রা অদুদি ?

সখী— হোইনে ! কৈদৌ-ভম্লোইদগে ?

কঞ্চু— হায়গে'দুদি ।

অচুম্বনি বাসি । স্বয়ম্বর তৌরগনি নহাক্কী প্রিয়সখীগী— ।

সখী— ( ইকিংকিংনা ) সে-আ, মহাশয়, কদৌঙৈনো ?

কঞ্চু— ম্লাম্লা থ্‌না । ম্লাম্লাথং পীথরে মহারাজনা মন্ত্রিদা স্বয়ম্বর থোরাং তৌনবা। অদুগা হয়েং অয়ুক্‌ দূতশিংনা যাত্রারনি দেশ দেশ তাম্লা নিমন্ত্রণ পত্রপুদুনা । য়েংভ্‌দো, ফ্‌ং ফ্‌ং পাইশিল্লক্‌পা থোইম্ন শম্ভু কভাওননা মৃণালিনী সিগী মনম্‌দা । কৈনো কৈ.দারে । কপ্‌থৎলবদি নং । নংদি চৎলোইদনা নকুমযুম দা ।

সখী— ( মমিৎ ইতথোক্লগা ) কদাযনো ? কনানা হায়রিনো ঐহাক্‌ কপ্লে নত্তোন্দবু ? ( কপ্পা )

কঞ্চু— আঃ কপ্লেদো । করিনোসে ! সেসে নহাক্কীম্নু বর অমা ফাবিরক্লগেদো, 'দুগীমদক্‌ করি চিন্তা ? নঙ্গী প্রিয়সখীনা বরিরোই ওম্লমক্‌পুদি । অদুগা নংনা নিথেম্‌চাদা লৈনিংত্রম্নু লৈরিদনা শর্ম্মা ঐন্সু ।

সখী— চরো ;

চয়োদাই, ফাগি তৌমুদাই, করি কান্নদদা (কপ্পা)

(পরিচারিকা চঙলক্‌পা)

পরি— হে কঞ্চুকী মহাশয়, প্রণাম তৌজরি।

কঞ্চু— কল্যাণমস্তু, লাউ। (মথস্তদা)

কদোমদৈনো লাক্লিবসে

অসতী অসিনা অমুক্‌? কবি আপদনো!

গঙ্গাদা তিল্লরেদনা যমুনা হৌক্তিক্ক,

ঊশিং বাংলরোইদো।

সখী— মাধবিও, প্রিয়সখী

চৎলেদো ঐখোয়বু থাদোক্কনা অমুক্‌ কুইবা

মতুংদা। (কপ্পা)

পরি (ইকিংকিংনা) করিগী? কদোরবা? কৈদোদনা?

সখী— স্বয়ম্বরগী বা ঐখোয়ননে তারবদাইদো—

চুপ্নে ওয়মক্তো, শোয়দ্রে। (কপ্পা)

কঞ্চু (মথস্তদা) হাঃহাঃ। মুংশি-থবান্‌

খোক্কি তিংথং চুপ্পা-খোব্রা? মহুনা থিম্বদা

প্রাণ কাও কাওই, মৈচাক্কু থাঙ্‌ব- মীহুতনা

হায়বা ওম্মি। (কোংনা)

হেরা, নখোয় মকম্‌ মরাং থওদ্রে

কপ্পনা। অসিগুম্ব বা তাবদা কপ্‌কদ্রা?

রাজনন্দিনী লৈরক্কি লুহোংদনা পুন্সি—

চুপ্পা মুত্তাইগদ্রা নখোয়?

পরি বিষ্ণু! হায়রইদেদা!

লুহোংদনা লৈম্বু মাগী শত্রু, মহাক্‌ কৈদৌ

লৈদগে?

কঞ্চু—       অদুদি কৈদৌ কপ্নিরি নথোয়্না ?

পরি—   নহাক্কী মতৌনে। কনা কপ্লে ? নংবু নম্বিৎ যুববরা ?

কঞ্চু—   'দুদি, ভাই নং, নোক্‌উদো অমুক্তং, য়েংসি ?

পরি—   করিগী নোক্লোইদো ? য়েঙ্‌দনা। ( নোক্‌পা-কপ্পা )

কঞ্চু—   বেশ, বেশ ! আ মাধবি, হায়নদাইদে', মুংশা-শানা নোং-চুরদি, উচি মচা লুহোঙ্ভিও, নঙ্গীসু লুহোংবা য়াম্না নক্লেদো, উরে ঐদি।

পরি—   করি ? উচিরা ঐহাক্ ! চরোদা, চৈসু কৈকান্দদা।

সখী—   অ মাধবি, চৎলসি লাউ।

পরি—   চচ্ছি

( অনিমক্ কপ্‌না কপ্‌না থোক্‌খিবা )

কঞ্চু—   মশক্-মতৌ রাশি উবদা ঐথোয়গী পদ্মাবতী 'সিগী মীওই-মপোক্ কনানসু বিশ্বাস তৌরোইদো। সৌদামিনীবু কদৌডৈ পোক্‌পরা লৈমায়দা ? মহাক্কি থালি ফজব-শুস্তনা নযন শুঙাইহন্নতা নত্তেদো—অসুক্ দয়াচেন্দী ; অতৈগী ফনব-তৌবী নুপী অতৈ লৈত্রা ? 'ডুগা মচু কৈদৌ ওইরোইদগে ? পারিজাত লৈরাংবু কদৌডৈ মনম্‌ য়াওদবগে ? অঃহা ! করম সনা কোমুংবু লংহন্দোরিবকো

অতাওব-রত্ন অসিনা ?

( নেপথ্যদা বৈতালিকশিং— )

গীত

পরজ-কালেংড়া, একাতালা ।

অওকৃপনি ওসিগী রাজসভাসে ফজেদা।
স্বর্গপুর ৩মুজরব, নৃপপুর ও ই রে দা,
বিভবতা সুরেন্দ্র ইকাইরেদা ॥
রায়া গুম্মংপ মুরতি রাজানা ওায়োইরি,
কামদেবৈ মঙান্ উবদা গুম্মংলি ।
তুলনা তৌনবৈদমক্ রজনী মশামক্কা
থাজবু পুরক্লে সাজ তৌদ্রুনা ॥

---

কঞ্চু— ( মথঙ্গুদা ) তোতো, মহারাজ
লেঙ্খংলে সভাদে। হৌজিক্ চংলগে য়েংলুগে
ঐগ ইথৌ। ( থোক্‌খিবা )

ইতি পদ্মাবতী নাটকী অনিশুব অঙ্ক।

---

# অহুমশুব অঙ্ক

## অহাম গর্ভাঙ্ক

### মাহেশ্বরীপুরী, রাজধানী মনাক্তা মদন-উদ্যান্দা

( মশক্লোত্ত্না রাজা ইন্দ্রনীল অমসুং বিদূষক চঙলক্পা )

রাজা— সখা মানবক!

বিদূ— মহারাজ—

রাজা— করিনো'মুক্ তৌরিসিবো? বানিয়ানি ঐদি, ঐগী মিত্রনি নহাক্না; ঐখোয় অনি শাক্লে মাহেশ্বরী পুরী রা জ ক ন্যা প দ্মা ব তী স্ব য় ম্ব র-কুম্বৈ য়েং ন ব গী রাজ্য'সিদা।

বিদূ— অজ্ঞা, অমুক্ তাক্পিব্রম্ব।

রাজা— অদু ওইরবদি কম্ নং নুংপাক্ অসিদা, ঈশিং থকউগে ঐ আদৈ মন্দির মনাক্তী পুখরি অসিদা। করি অমুক্ হায়নি, ঐদি কয়াত চোক্থরে নগর অসি কোয়বদা, শিবু শিদোৱেদা।

বিদূ— 'সিদা লেঙশিনিযুদনা অহৃদি, লৌরুগে ঐহুম্ ঈশিংদো নহাক্তী। ব্রাহ্মণগী ঈশিং থক্পদা জাত তারোইদা বানিয়াগী।

রাজা— ( নোক্ত্না ) সখা, তাবদি তারোই; অহুবু করিদা পুরক্লি ঈশিং? 'সিদা পাত্র কদায়? নংদি বায়ুপুত্র হনুমান্দি নত্তে, হিদাক্ কংব্রগা ফুক্ত্না গন্ধমাদন পুরক্প। অহুনা লৈরো নং,

চৎলগে ঐমক্তা। (চৎখিবা)

বিদূ— (এবক্তদা) রায়দা! কক্তেদা লাইবক্নে?
যেঙ্, মাহেশ্বরী পুরী অসিগী রাজাগী—
মচানুপী স্বয়ম্বর ভৌগনি হায়ৱুনা,
তিন্নরে অসিদা রাজা লপ্না অমা, 'ৱুগা
নগর অসিগী মাইগৈ মরিদা দম্বুর—
পন্নদা-নচিংব কয়া কয়া থল্লে, মশিং
নাইদে। শামু কয়া, শগোন্ কয়া, উট কয়া,
রথ কয়া 'ৱুগা মী-পোং কয়া কয়া লাক্লে—
শিংথাবা গুল্লি কনানা? 'ৱুগা জাগা কয়া
কয়াদা নট-নটীশিং শক্লি-শারি; 'ৱুগা
বরিষাদা ঈচেন্ চাম্ফাংনা চীংদৈ ঈশিং
চেস্থরক্পগুয়া, অচা-অথক পুখোক্লিদো
বাঙ্গ-ভাণ্ডারদা। অঃহা! চেং-চাক্ কয়া, হৱাই
কয়া, থাউ-থুম্ কয়া, ধীনা কয়া, মিঠাই কয়া,
যঙ্গোম্ কয়া ভারি ভারি পুশিল্লি পুখোক্ই
মিৎ চোইদ্রে ইঙক্ভক্লে মহু হেক্ উবদা।
কয়াদনো নিংথৌসিগী মরন্-মথুম্ অসি!

(স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা)

'ৱুগা যেঙ্, লাইবক্থীব বামণ- অসিগী
মরাইবক্তা তখিদরে কব্রিমতা। ঐখোয়
মহারাজনা তৌরিব্দি, লোয়নরক্প মীগী
মথৈ থনম্নগা য়াম্না লাপ্না, ইথক্সুবু
পুৱুনা শক্-খঙহন্দনা লাক্লে নগরদা।
কল্লিনো ওইজদৌরিবা সিদা মাগী, মহু

থক্তিনি মাতনা। 'সিদা তোংদোরিব্বি ব্রাহ্মণ লাইরব ঐগী দক্ষিণা মাঙজবা। হাহা! সিবু থজিক্ থয়াক্ বাবগী থোদোরা?

( চিন্তা তৌরগা )

তৌরিদি মহারাজনা মঙদা নুপী 'মবু উরুরগা বাশক্লে হেক্—মাবু নত্তনদি লুহোংলোই অতে কনাবু। হাহা য়েঙদোসি, কয়াত অঙাওব বানো। অমরোম্দা—ঐনা অহিংদা ইমঙদা অথুম্-অহাও কয়া কয়া। চায়ে হায়দ্রুনবু ব্রাহ্মণীনা পীজবদা লকুথরো'ঙৌবা, লকোই'শংব থামেন্'রৌবা— পুয়মক্কিবু লংশেকপ্রা ঐনবু চাল্লুক্তা? ঙ্শিং পুয়মক্ লোইদো সমুত্রদি। মৈদা পীবা মথৈ মিকুপ্ কাদে, শ্ৰ শ্ৰ তুক্কন্দুনা উৎ ওইহল্লি।

( রাজা অমুক্ চঙলক্পা )

রাজা— কৈদে'রবা, সখা মানবক, লুপ্তুনা লৈরেনা নংদি চিন্তা সাগরদা?

বিদূ— মহারাজ—

রাজা— ভুৎ বান্ধব। অমুকসু

বিদূ— অক্তা'— লাক্নে। করি তৌরে অমুক্ থী বিরক্লবদি?

রাজা— সখা উবু উরক্লেদো—স্বয়ম্বর অমঃ— অঙক্প।

বিদূ— অওইবরনে? কদায়দনো?

রাজা— সখা,

আদৈ পুথি্রসিদা কমলিনী স্বয়ম্বরা
ওইরিদনা ঙসি। 'হুগা মাবু লৌনিংহনা
ভগবান সূর্য্যদেব, মলম্ব-মালংবা,
খোইমু-নিংখৌ, রাজহংস—মখোয় পুন্নম ক্ক
লেঙলক্লে। 'হুগা কোকিল কাঙবু কয়া কয়া
মঙ্গল ধ্বনি তৌরিব—করিনুক্ হায়নিদো?
লাউদো সখ, আদৈ পুথ্র'াসদা চচ্ছি ঐখোয়।

বিদূ— ফরে—মহাশয়; ঐব, নিমন্ত্রণ তৌরে
নহাক্না, কনানা পীন ঐগী দক্ষিণাদি?

রাজা— কৈদৌ বারিবা? পীজন মরাইনা থবাক্না।
করিমতা চিংনরুমু তেকথংহন্নি নঙ্গী
মনঃ অহু মাগী মনম মুংশিব মধুনা।

বিদূ— হা! হা! হা! (চৌনা নোক্পা)
ব্রাহ্মণ্নি ঐদি মহাশয়, করি
মুভাইদগে পুন্নমক্ক ঐঙোন্দা? পৈশারা,
অচা-অথকবা, অনিগী অমা নত্রে অমা,
নত্রবদি চংলোই ঐদি।

বাক্ত— চচ্ছিদা, চচ্ছি লাউ,
নত্রগা পীহুঙাইদনা ঐনা। (অনিমক্ চংখিবা)
(সখী অমসুং পরিচারিকা চঙলক্পা)

সখী— অ মাধবি,
চংপা ঙমদ্রেদা ঐদি। ওঃ, অমুক্ চংখিদ্রিদা
খোঙনা ঐদি পোক্পদগী। করিবু হায়দগে,
হক্চাং পুন্নমক্নি পুন্নানারে? লৌজিক ঐদি
কমুংদতা লৈবা তারমাল্লে মুমিৎ মরি-
মঙামিদি।

পরি— হাইমা ! করি হানো ? নিনিদবু
ঙাইরদাই মজাইবেমৈ স্বয়ম্বর ! 'ছু দা
করম্ তৌদোরিবা নংনা কুন্দুনা লৈরব্দি ?

সখী— ঙম্‌ব্রবদি করি তৌনি ঐনা ? য়োৎনা শাব
দেহদি নত্তেদো ঐগী।

পরি— চুম্‌দবদি ন ত্তে।

সখী— ( চিত্র য়েংলগা )
য়েঙু, লিশিংলক্‌পু ওইরম্ব য়াই হায়খিবসি
ঐহাক্না প্রিয়সখীদা—প্রতিমূর্ত্তি অসি
শুক্‌থা থাজদে মহাক্না।

পরি— কয়াত শুক্‌থুবা !
ঙসি মুমিৎচুপ্পা কোইনা চত্তুনা ঐখোয়না
য়েঙুরিবসি নিংথৌ লাক্লরুম্ ওইরম্‌গনি,
মখোয়গী মরক্তা মিকুপ্‌ অমত্তা কাওবস্তু
মসিগা তুলনা য়াব নিপাবু য়াওদেনে
অমত্তা। মহাপুরুষ অসিবু কৈ দ নো ?

সখী— কনানা হায়বা ঙবগে সুমেরুচিং কৈদা ?
মীনা হৌজিক্‌ ঙবা ৰুংব্রা সনা লক্কাদ্রবু ?

পরি— সত্যনীনে।'ঙ্গবু করি তৌদগে হৌজিক্‌পু ?

সখী— করিবুদি তৌনি ! লাউদো ঙহাক্তুম্‌ লৈকোন্
'সিদা পোথারগা বাসি তম্মুসি শিশিৎনা
প্রিয়সখীদা। ( নুংপাত্তা কন্বা )

পরি— ক র য়া রাজনন্দিনীদা
তম্মুগগে বাসি ? মসি হেক্‌ তাবদা, কয়া

বানি মহাক্,, খল্লুবদা ঐদি মিত্তে পি তাই।

সখী— নঙ্গী-ঐগী-ইথৌ ন ত্তে মায়া-সনা-সজি
অসি কাবা। উৎলয়গা অমুক্তং মসিদি,
স্ব াই মাখি অশুক্ প বন অমদা, হায়-ঙম্ব্রা
মচু কনানা? চাম্বিম্ জগদীশ্বরনা,
মসি পাম্বদগী প্রিয়সখীনা মমৈদা
সীতাদেবীদোনা তাদনবা অবাবদা।
দেবমায়ানিনে মসি—-লৈত্রে চিংনমিঙ্গাই।
( পরিচারিকারোমদা )
কম্বম্ কম্ত্রেনা নংদি? করিম্ বাদত্রা
নংবু অমুক্ শাংনা চৎপসিদা?

পরি— বারবনি!
'হুবু রাজনন্দিনীগী— অবাবা খম্বদা
খল্লুদরে অতৈ বাব, মত্তা। লীনুগী হুনা
শীল্লব দেহদা অমুক্ হন্না হু কাবরা
বিচ্ছুনা চীক্পদা? ( সখীগী-মনাক্তা লৈবাক্তা কম্বা )
হৌজিক্ স্বয়ম্বর'সিতা
লোইখ্রগা লোইরে।

সখী— য়েংজো নং স্বয়ম্বর 'সিদা
শোয়দনা থোক্তনি করিগুম্ব অপম্বা'মা।

পরি— হায়হৈদে! সিগুম্বা অমঙ্গল বাবু পম্বা
হৌনবরা চিন্দা?

সখী— প্রিয়সখীগী-বাশক্ত
নং কাউথ্রবরা? নীংশিংত্রা-মহাক্তা মমঙদা
উ খি বা ম হা ক্তী প্রাণেশ্বর য়াওত্রবদি

নিং থৌ লথাসিগী মরক্তিদা, কনাবুমু বরিরোই মহাক্রা ?

নেপথ্যদা— ( হোনা নোক্পা )

সখী— ( নেপথ্যদ য়েংছুনা ইৎক্ থক্রা )

কৈনো কৈনো'সিদে !

পরি— কৈনো

কৈদৌরে ? ( অনিমক্ হৌগৎপা )

পরি— ( কিনা ) হাইমা ! চৎলসি ঐংখোয় অসিদগী চেল্লসিদা। স্বয়ম্বর 'সিদা দেব কয়া দানব, যক্ষ, রাক্ষস কয়া কয়া লাক্লে, শিংথানি কনানা ? চৌকৃপ বন'সিদা—

সখী— তুমিন্

লৈ-য়ো। তুমিন লৈ-য়ো। অা হু য়েঙু—

পরি— ( নেপথ্যরোম্‌দা য়েংছুনা ) কার মতৌনো ওৎখ্রেদ। নিপা অনি নত্রনেসে পুত্রী মপান্দা কপ্লিব'সিবু ? ওয়োকইদা ! মহোই মরক্তগী মশক্-মতো রাশি কয়া লৈথ্রবা অমগী ?

সখী— ( চিত্র য়েংলগা ) য়েঙু, অ মাধব, অসুক্ কু ই র বা মতুংদা, মহৈ য়াল্লমাল্লেদনা ঐখোয়না নোমজবা। নিপা ফজব অসিদা মুম্না অদুক্ত য়েঙুদো'ছুদি।

পরি— হোইনে হোইনে !

কয়াত ওক্লবা ! সিদি আকাশগী চন্দ্র লাক্লবরা লৈমায়থক্তা ?

সখী— ( হয়াওনা ) নত্তে মসি চন্দ্র
অভিয়াগী পূর্ণিমানি থবোই অাতয়াগী ;
ঐহাকী প্রিয়সখীগী ।

পরি— ( চিন্ত্র য়েংলগা ) হোইনে ! অঙক্পন্নি-
মসি ! অদুবুনে, কীজেং-চাক্চা নিংথৌমচা
ওইনঃ উদেনে মসিবু ।

সখী— কৈদোয়ে হায়বগে ?
( চিন্তা তৌদুনা )
মাধবি, নং থবক্ অমা তৌসে । লৈমাকোন্দা
নং শৎ চেন্থিদুনা প্রিয়সখীদ্ অ ঃ ক্ত
কৌরুদো অসিদা । আদৈ মহাপুরুষসি
মী নত্রবসু অমুক্তং মমিৎনা দশন
তৌ দুনা মাদু, ম হৈ য়াহ্নোসন্নুদনা
প্রিয়সখী জন্মদো ।

পরি— রাজ নন্দিনী বু
হৌজিক্পু মথন্ত লাক্পা য়াগদরা সদা
সনা কোহুংদগী ?

সখী— য়েঙ্চৌবা অমুক্তহেক্
চত্নুনা নং । লাক্পা ঙম্মে, করে, ঙম্দ্রে ঐথোয়
দোম্বগী কোক্রেদো ।

পরি— কৈবনা ·· হায়দ্রিদো,
ঐ চখলে অত্নুনি । (থোক্খিবা)

সখী— ( নেপথ্যদা য়েংলগা মথন্তদা )
মীরা মমিবু, আইখরা,
মায়া তৌদুনা মী-মশক্ থোকরলাক্লিব্রা

স্বয়ম্বর য়েংবা? বাসি ঐনা হংল্লুসিবা কনাদব্? প্রিয়সখী হৌজিক লাক্লবদি ইফকরে। অবাবনি! মসিমুক্ ক জ ব বর তহিরম্ল্রা প্রিয়সখীগী না ই ব ক্তা বিধাতানা?

( পদ্মাবতীগা লোয়ননা পরিচারিকা অমুক্ চঙলক্পা )

পদ্মা— স খি, করিগীনো কৌরিববো ঐবু নংনা? করি ব্রানো, হায়্দনা তাসি?

সখী— অকব ঙাক্লি ঙম্মক্। লাউ'সিদা কম্মোরাউ নুংপাক্লিদা।

পদ্মা— স খি, দরশন পীররব্রা' নঙোন্দা ঐগী প্রাণনাথনা? ( কম্থবা )

সখী— ( পদ্মাবতীগী-মনাক্তা কম্মগা ) হোই, পীররে।

পদ্মা— ( ইফিং ফিংনা সখীগী-মখুৎ পায়রগা ) সখি, কদায়দা উথরে মহাক্পু নহাক্লা?

সখী— ( নোক্লি নোক্লিদুনা ) প্রিয়সখি, নংনে ভাব তানা য়েঙ্ মুন্না অমুক্তং অশোকবনলোম্দা আহু।

পদ্মা— কৈদৌ য়েংদৌরিবা? কৈকায়নি?

সখী— য়েংদা য়েঙ্বদো।

পদ্মা— ( নেপথ্যরোম্দা য়েংলগা ) আ হু ভ গ বা ন অশোকপাম্বী বসন্ত খোংদাবদা লৈরাং খুজোক্ পায়দুনা মশাগী— মখুৎ চামনা, লেগু্না লৈমাল্লে ঙাইদুনা পূজানবৈ ঋতুরাজ।

সখী— ক রে, হায়ুডুদি,
কদায়দনো ঋতুরাজ বসন্তবু ?

পদ্মা— সখি,
করেম্ কথায়নবৈ মতম্না'সে !

সখী— করেম্নব্রা ?
আদু নৈতোং লোম্দা মুন্না য়েঙ্দো অমুকুং ?

পদ্মা— ( নেপথ্য রোম্দা য়েংলগা )
সখী, ঐবু অমুক্ কুম্নবরনে নিদ্রানা,
মঙ-মঙলিবরনে ? ( মথম্তদা )
থমোই, অমুক্ কুইবাতুংদা
নঙ্গী অহিং লোয়বগী উৎপিয়রবরা
উদয়গিরিদা, নঙ্গী দিনমণি ! ( কোংনা )
সখী,
পাযু নং ঐহাক্পু। (জ্ঞান মাঙহ্না সখীগী অথাক্তা তাবা)

সখী— হাহা করিনো করিনো ?
থঙহোদনা বাম্বখরে প্রিয়সখী- ' ( পরিচারিকারোম্দা )
থুনা
পুরক্উ-লাউ ঈশিং থর, মাধবি, থুরক্উ।

পরি— লাক্লে লাক্লে।
( পরপ্ পরপ্ থোক্খিবা )

সখী— ( মথম্তদা ) অঃহা ! ঐনা মতম্ 'সিদা নৈকোন্
অসিদা প্রিয়সখীবু পুরক্না করি
মুঙ্গীনো তৌরিসে ?
( রাজা পরপ্ পরপ্ হয়া চঙলক্পা )

রাজা— কৈনো ? ইবেম্মা ! কৈদোরে
নুপীসিগী ?

সখী— মহাশয়, বাম্বখরে।

রাজা— কৈদো ?

সখী— মহু হৌজিক্ হায়বা ভমদে ঐনা মহাশয় !

রাজা— ( মথস্তদা )
মীনা হায়নৈ—পূর্ণচন্দ্র থোক্পদা পাখংলি
সাগর, দশাহু থোক্লবরা ঐহাক্কীসু ?
( অমুক য়েংলগা )
কৈনো সিদে ! ঐগী মনোমোহিনীনিসিদে,
কয়ারক্ উথ্রবা ঐনা মঙদা। অমুক্ কুইবা
তুংদা চাম্বিহুনা ঐবু লাই ময়ায়া ঐগী
হৃদি মণি উনহল্লে।

পদ্মা— ( জ্ঞান তাবক্লনা স্বর শাংনা হোন্দোক্পা )

রাজা— ( সখীদা ) যাইকবি, পুথ্রীদা
নোঙাম্বদা নলিনীনা মমিৎপাংথোরক্প-
ভুয়া, য়েঙ্দনা, পাণ্ডুথে রক্তে মিৎয়া-খমান্
নহাক্কী সখীসু জ্ঞান ভারক্পদা। অঃহা !
ভগবতী দেবী জাহ্নবীনা, ইনৈনৈনা
ওহাক্ চেল্লুরগা লৈরাই নিংথাংবদা, মতৌ
অমুয়া অমুক্ লৌরক্ই মশাগী অরুব
নিংথিবহু।

পদ্মা— ( য়্রোগৎলগা স্বর তপ্পা সখীদা )
সখি, চৎলসি মমুঃ সদা দা
ঐথোয় হৌজিক্। লৈবা য়াদ্রে অমুক্ লৈকোল্সিদা।

রাজা— ( মথস্তদা )
অঃহা ! মধুর স্বরহু মসিসু নি। ঐগী

রাখন্দদি, অমুক্ ভুংশিরিরোই যাবা লাউব-
মখোঙ্স্ ঈশিং-ঈচেন্গী থৌরাংবৈ নাকোংদা।
( কোংনা সখীদ )
ফজবি! অসিদা ঐনা লাক্পসিদা নঙ্গী
প্রিয়সখী শাউরবরা ?

সখী— কৈদো শাউগদগে ?

রাজা— অসিদগী অমুক্ থুনা চৎনিংলিবসিদি
মবেম্সনা ?

সখী— থম্বিগম্ থক্ অচুম বাশল্
ইবুঙোনা। অদুব্রক্তা থবক্ থর চিল্লি
ঐখোয পূর্ন্নমস্স হৌজিক্।

রাজা— করে 'ছুদি
ফজবি, নঙ্গী পরম-সুন্দরী সখীগী
পরিচয় তাক্লম্মগা নংনা পেল্হল্লম্মু
ঐবু।

সখী— মহাশয়, সখী অমনি মহাক্তি
রাজনন্দিনী পদ্মাবতীগী।

রাজা— অঙক্পনি!
থাইনা থঙৈন,—শূপ্পা নলিনীবু লৈরাংশিঙ্গী
মাহারাণী ওইনা শেম্বিরম্মে বিধাতানা।
মঙোন্দগী হেন্ব অতৈ-ফজব লৈ রাংবু
লৈরিবরা পৃথিবীদা ?

পদ্মা— ( মথক্তদা ) অঃহা! কয়া থুম্না
ঙাঙলিবনো প্রাণনাথ! মনম্ লৈতব থক্
ওইবা রাত্রা ভগবান গন্ধ মাদন্নু ?

সখী— মহাশয়! অপরাধ লৌখিজদি লাগী
'সিগী, হন্জগে য়া'মতং ঐনা ইবুঙোদা

রাজা— দোষ করি লৈনি'ত্রদা? নখোয়বু ঐহাক্না
মুত্তাইহন্না শরবদি লেসা। উপায় না
ঐগী লাইবক্ ফবা লৈগত্রা অদুদগী হেন?

সখী— মহাশয়, রাজধানী করমনো হৌজিক্
য়াম্রিবী ইবুঙো কায়নবদা, কৃপাদ্না
তাক্পিসি, য়াসি ঐখোয়দা।

পদ্মা— (মথন্তদা) অসুক কুইবা
মতুংদা হংলেদো ঐগী পুক্নিঙ্গী বাক্তমক্।

রাজা— (মোমোয়না)
ফজবি, বিদর্ভ কৌবী মহানগরীদো
ভম্ম হায়রিদো ঐহাক্তী, নগর অদুগী
রাজা ইন্দ্রনীল থোগন্দুনা ঐনা 'সিদা
লাক্লিবনি নখোয় রাজ নন্দিনীগী
স্বয়ম্বরগী উৎসব য়েংনবগী মতম্।

পদ্মা— (মথন্তদা)
অসম্ভবনিদা য়াসি! রাজ বংশদবু
পোক্পা নম্রবরা মহাক্তিবু?
(ঊশিং পুন্সন্ন্না পরিচারিকা অমুক্ চঙলাক্পা)

সখী— কৈদো অসুক
কুইরক্লিবা?

পরি— মহুংসঙ্গায় তায়া চেন্দুনা কোন্
লৌরুবনি।

সখী— য়োই চুমি। খুমি থরুবেদনা

কনাসু মসুং সজাবদা বাসি।

পরি— তাদে খঙদে,

বাসি কনা 'মভা, 'হুবু মখোয় পুন্নমক্তি

লাক্‌হৌরে মদনদেব পূজা তৌনবগী।

সখী— অদুদি চৎলো, চৎলসি ঐখোয়।

রাজা— ( সখীদা ) ঐনা 'হুদি,

কজবি, ফংলরোইদরা অমুক্, মপোক্নিদা

নখোয়গী চন্দ্রমুখীগী দরশন ?

পদ্মা' ( সখীরোমদা য়েংলগা ইকাইনা ) নংনা

প্রিয়সখি, হায় মহাশয়দা—ঐখোয়গী

লাইবক্তা লৈরব্দি, লৈকোন্ অসিদা ফজনি—

মাগী দর্শন ঐখোয়না।

নেপথ্যদা কদায়নো কদায়নো ?

রাজনন্দিনীগা বসুমতীগা কৈদনো ?

সখী— চৎলসি, চৎলসি ঐখোয়।

পদ্মা— ( খজিক্কং চৎলগা ) উহুঃ। কৈনোসিদে—

সখী— কৈনো ? কৈনো ? কৈদৌরবা ?

পদ্মা— সখি, য়েঙ্, হুয়োন্

অনৌবসিনা মুরেনে খোঙদা। উহু, ঐদি

চৎপা ঙম্মরোইদা খোঙনা, শম্ ঐবু নখোয়

অমনা ( রাজাগীরোমদা ইকাইনা অমসুং মুংশিনা য়েংবা )

সখী— লাক্লো অদুদি।

( পদ্মাবতীবু শমদুনা সখী অমসুং পরিচারিকা থোক্‌খিবা )

রাজা— ( মখসুদা ) সৌদামিনি, ঐগী—

নোংমংব-থমোই-অতিন্না নংনা মন্দিরবৈ

অমুক্স্তু উৎপিরম্নেদো ঐঙোন্দা শুপ্নগী—
মিকুপ্ অমত্তঙ্গীদমক্। ( স্বরশাংনা হোন্দোক্লগা )
অঃ হা! শুক্লা মথা
অসি কোক্কনি করম্না কদৌঙৈ নহাক্কা
অমুক্ উনবা নত্তনা ?

নেপথ্যদা— ( যন্ত্র মম্নাম্গী ধ্বনি )

রাজা— ( নেপথ্যরোমদা য়েংলগা মথন্তদা )
রাজবালাশিংনা
ঈশৈ শক্লা শক্লা চৎলিনেসে ভগবান
মদনগী মন্দিরদা।

নেপথ্য শারো, জগোই শারো।
য়েংজৌদো নৈ চাইরিবসে ঐনা।

নেপথ্য— গীত

রাগিনি খম্বাজ-তাল যৎ

চৎসি পূজাক্লসি পূম্নমক্ কামদেববু।
তোম্না তোম্না খুবাক্ খুদো মম্নাম্ তিল্লদুনা।
পূজাক্লনি যতন তৌনা মন মুংঙাইনা।
নৈরাং মম্নাম্ হেক্লে খদ্ল-খদ্দুনা,
কৎলুনি চরন্দা খুজোক্ থম্না থম্না।
সখী লুহোংবদা, মঙ্গল ওইনবা,
পেল্হৎগে লাইবু মঙ্গল ঈশৈনা॥

রাজা— ( মথন্তদা )...... অঃহা, কম্না
মুংশিব মথেংম্নো! 'হুদি সিদা অমুক্ ঐনা

পহুক্লবা চুম্লে। শক্ খণ্ডহন্দনা নগর
অসিদা ঐনা লাক্পসি কনহুম্ করেগে।
অঃহা! পরম-সুন্দরীদো ওইরম্লদিনে
রাজকন্যা পদ্মাবতী, সীমা লৈরম্মোইদো
ঐগী মুণ্ডাইবগা। (থোক্থিবা)

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

মাহেশ্বরীপুরী, দেব-মন্দিরগী লৈকোন্,

(পুরোহিত অমসুং কঞ্চুকী চঙলক্পা)

পুরো— অঃহা, কয়া-মুংঙাইতব
বিষযনো! মহাশয়, জগজ্জীব শিংনা
ধন্যবা দ তৌবি হিমাদ্রিবু ভগবতী
ভাগীরথীগী দর্শন ফংবদা, মতুম্না
রাজকন্যা পদ্মাবতী উবদা খ্বাইমক্লা
শিংথানরম্লিদা লাইবক্ কৈ হায়না ঐথোরগী
মহারাজব্। হাইরে হাই কনব কন্তব
দশাবা ঈশিং অরুবী লমাসি খুদক্তা
জৈরাই মীংথাইহুবা চেমক্লবা ইনৈনৈনা!
কঞ্চু— কন্তব দশাবক্লিমি। মহাশয়, অসুক্
চাউরব ভারতভূমিশিদা যুগ খুদিং
রাজধানী চা-কয়াদা পাণ্ডথোরম্নে মহা

ধুম্-ধাম্ তৌনা স্বয়ম্বর অসিগুম ; 'হুক্ কদায়দসু থোক্ খিদরি 'সিগুম য়েথারবা কদৌনুংদসু।

পুরো— মন্ত্রিদা ! অরেম্বা তারবা থরচ অসুক্ তৌরগা ?

কঞ্চু— মহাশয়, মতুই দমক্তা চিন্তাবিরসু। য়েংবিয়ু, অপার সাগরদা পীরি ইত্তুনা থাজনা ঈশিং ওইনা নদনদী লিশিং-লিশিং, মাগী ঈশিং মপৈ 'হুবু ময়েং তাবা মাত্রা যেসা মওংদা ? কলঙ্ক'সিমা লৈহৌরনি মতম্ কুইনা—হায়বতনি।

পুরো— অচ্ছা, 'হুদি কঞ্চুকীজী, রাজকুমারীনা স্বয়ম্বর সমাজদা লাক্তবগী মূল কারণদু, মহাশয়, থগুবিবরা থজিক্ থরাক্ তাংদাংবা ?

কঞ্চু— থগুজদে, 'হুদা মসিতদি থডি ঐনা—স্বয়ম্বর সভাগী-যাত্রা কালদা, তোয়না তোয়না মূর্চ্ছা ওইবনা, রাজকুমারী মায়া শোহ্রম্মী, রাজবৈদ্যনা থিংলম্মী মহাক্ পু মপান্দা থোক্পা ; মরম 'হুনা স্বয়ম্বরা রাজ কন্যা লাক্তবনা শুভলগ্ন হৌথিবদৈ রাজা ময়াম্ মহৈ মাত্রহুনা হয়থি দেশদা মাগী-মাগী।

পুরো— অঃহা ! কনা ঙম্বগে কক্‌থৎপা
বিধিগী-বিধাব্, ? করে লেঙসি, তৌরুসি
দেব দরশন ঐখোয় হৌজিক্‌ ।

কঞ্চু— হোই লেঙসি ।

( অনিমক্‌ থোক্‌খিবা )

( সখী অমসুং পরিচারিকা চঙলক্‌পা )

সখী— কম্‌দৌই—ঐনা হায়রখিদো, স্বয়ম্বর'সিদা
শোয়দনা থোকনি য়েথায়বা'মা নত্রে অমা ?

পরি— হোইনহে ? কয়া ঙক্‌খ্‌বা ! কনা থঙম্নিদো,
রাজকুমারীনা অসুম্‌ হেক্‌ থোক্লনি হায়সি ?

সখী— অ:হাহ', প্রিয়সখীগী অরাব মতৌঙ—
নীশিংবদা করি হায়নি কৈনো অমা তৌই
প্রাণ অসি । ( বপ্পা )

পরি— করে, রাজনন্দিনীনা অসুম্‌
হেক্‌ তৌরক্লিবা অসিগী কারণ করিনো ?

সখী— অতৈ করিবু ওইদগে ? প্রিয়সখীননে
মমঙদা উত্রুনা মুংশিরব মী অ হু হি
রাজা নত্তে, মাবু ফজত্রা প্রিয়সখীনা ?

পরি— হোইদা, চুম্মিনে । ( নেপথ্যরোম্‌দা য়েংলগা )
কনানো মসে ? মসি নত্রা
বিদর্ভ দেশগী মীদো অসোম্‌ লাক্লিব ?
রাজনন্দিনীবু মুংশি মাল্লে মহাক্লসু ;
'ত্রুবু মাগী করি তোংজদগে অসিগুম্বা
মুংশিনবদা ? থীক্লেব কনানা কদৌউে
কংবা ঙম্ব্‌া থাবু ? চৎলসিদো, ঐখোয় আদৈ—

মন্দির মরুম্‌দা য়েঙ্‌সি লেপ্পগা, মহাক্না
করি তৌবগে অসিদা।

সখী— চৎলসি। ( অনিমক্ থোক্‌থিবা )

( মশক্‌লোত্তুনা রাজা ইন্দ্রনীল চঙলক্‌পা।)

রাজা— ( মথন্তদা ) ঐহাক্না
পম্বতুনা লৈবা শুক্‌চুম্‌ চুম্‌দ্রে রাজধানী-
'সদা বৃথা স্বয়ম্বর অসিদা লাক্লবা
রাজাশিং মখৈস্‌ হন্নথরে মাগী মাগী
রাজ্যদা। অতুবু ঐনা করম্ থাদোক্‌না
চৎসিবা পরম-সুন্দরী কন্যা অসিবু?
( স্বর শাংনা হোম্বা )
হে প্রভু মদনদেব, সুরেন্দ্রনা নিজ-
বজ্রনা মশা কক্‌না লেওহন্দবগুম্না
চীং নিংথৌবু, নহাক্নস্‌ লেওহন্নিংদ্রবরা
ঐবু নঙ্গী লৈরাং তেম্না থাতুনা? ( চিন্তাতুনা )
ঐহাক্কী
রাজমহিষী ওইহন্বা করিমত্তা য়াদ্রে
নুপীসিবু। সিংহসিংহী লৈমিন্নে অনিমক্‌।
রাজবালা পদ্মাবতীগী সহচরীনি
মাদি, অতুনা সম্পর্ক য়াত্রা মাগা ঐগা?
( স্বর শাংনা হোম্বা )
হে রতিদেবি, ঐঙোন্দা নংনা পীবিনিংবা
অমূল্য রত্ন, মৈবী ওইরে শোক্‌য়াদব
ঐঙোন্দদি, শচী-মুরজাগী অশাওবনা।
অঁবাবনি, ঈচেঙ্গংবী-অসি মৌবান্নিগী

শাপ্না কর্ম্মনাশা নদী ওইরবরা ঐগী ?
করি কান্ননি বৃথাদা অমুক্ বাক্লহুনা ?
( ইথক্ থক্লা নেপথ্যরোম্ য়েংহুনা )
কৈনো ?

নেপথ্যদা— হৈ বেটা নংবু সামান্য চোবরা ? নংদি সেকেণ্ড হনুমান্নি ।

নেপথ্যদা— করিগী ? হনুমান কৈদো ওইদৌরিবা ?

নেপথ্যদা— কৈনো ককা অমুক্ হংবা শারিবা ? য়েংজো, তাও-হনুমান্না রাবণগী মধুবন ছারখার শাহল্লবা অদুগুম্না নংনসু ঙসি ঐখোয়গী মহারাজগী অমৃতফল-বন উৎপাত তৌরম্মে । নঙ্গী নকোক্ থবৎ ককৃপনা চুম্মা ।

নেপথ্যদা— ইস্ ইস্

নেপথ্যদা— থঙবা ? ফুজিল্লুদহৈ, কিল্ অহুম্ মরিদং পীজোদহৈ বেটাদা ।

নেপথ্যদা—- কৃপানি মহারাজগী—

( রক্ষক খরগা লোয়নহুনা বিদূষক কম্না চেঙ্খিল্লক্পা )

বিদূ— মহারাজ, ঐবু কম্বিয়ু শ্রীযুৎনা ।

রাজা— করিগীনো, কৈদোব্রুরে ?

বিদূ— মহারাজ, সাক্ষাৎ যমদূতনি মখোয়সি ।

অহাম্ব— পায়ুদোসে, পুল্লু বেটাসিবু ।

বিদূ— ( রাজাগী মতুংদা লেপ্তুনা )
ইস্ ! নতিক্ করি লৈহুনা ঐবু

পুন্দোরিবা ? হৈ কত্তব রক্ষকশা, সনা! লঙ্কাদা চগুনিংলবদি লাল্লক্খো হায়না সমুদ্র। মহাত্মা অসি বিদর্ভ দেশগী রাজা ইন্দ্রনীলরায়।

রাজা— করি হায়শারিবা !

বিদু— মহারাজ, শক্ খগুহন্দ্রবদি পাপী বেটা ময়াম্না ঐবু থাগদ্রা। বাবা !—

অহাম্ব— মহাশয়—

বিদু— অচ্চাচা বেটা মী-মচা, নংনা মহাশয় হায়রিবা কনাবু ?

রাজা— ( বিদূষকতা ) তুমিল্লৈয়ু-তুমিল্লৈয়ু।
( রক্ষকলোম্দা )
রক্ষক, করিনো নংনা হায়বা ? কৈদৌরবা ?

অহাম্ব— মহাশয়, য়েংবিয়ুদো। ঠাকুর অসিনা হেক্-হেক্তুনা চাখ্রে লোইনা অমুম হৈ-মথৈ ঐখোয় মহারাজগী অমৃতফল বন্দা।

বিদু— কৈদৌ চারোই ? ঐনা চাদ্রবদি, চাগদগে অতৈ কনানা ? ঐহাক্পু নংনা হনুমান হায়জুনা চৈবদাই। আচ্ছা, হৌজিক্ হনুমান গুম্না ঐনা নখোয়পুরী মৈ থাজুনা ভস্ম ওহল্লদি করি ভৌবা গুম্নি নংনা ঐগী ?

রাজা— ( মী তাহন্দনা বিদূষকতা )
কৈদৌ গুম্দগে মানবু ? 'ছদা মথৈদদি নমায়ত চাক্চনি নঙ্গী। কৈদৌনি ?

( কঞ্চুকী অমসুং পুরোহিত অমুক্ চগুলক্পা )

অহাব— ( কঞ্চুকী অমসুং পুরোহিতকা চীন্না ৱা ভাংনবা )

কঞ্চু— কৈৱানো ?

( চঙশিন্নগা )

জয় মহারাজ ।

পুরো— মহারাজ পুন্সিসনু ।

কঞ্চু— রক্ষক, পাউ অসি নংনা য়াম্‌থুনা হন্নংলু মহারাজ মা চন্না ।

অহাব— অস্তা, চচ্চরে ঐ ।

পুরো— মহারাজ, রাজধানী অসি মহৈ য়াম্লে ঙসি সনা খোঙদাবদা ।

কঞ্চু— হে নর ঈশ্বর,

অসিবাইদা লেঙশিন্দুনা লৈবসি চুম্‌দরে ।

সনা খোঙদাবিসি রাজধানী তান্না ।

রাজা— ( মথন্তদা ) ঙসি

বৃথা ওইরেদো ঙয়মক্ অসুক কুইরবদা । ( কোংনা )

চৎশিন্নসি ।

( পূম্নমক্ খোক্‌থিবা )

( সখী অমসুং পরিচারিকা অমুক্ চঙলক্‌পা )

সখী— অ-মাধবি, কৈনো ত্তৌরিসিদে ?

মঙ-মঙলিবরা ঐখোয়বু, নত্রে মিত্রংলাসে মিত্রংবালাগী ?

পরি— হাইবা, হোইনহৈ ! মসিরনে

রাজা ইন্দ্রনীল, থ্‌াইনা মাগী ৱা ভাঙনব ?

নেপথ্যদা— ( মঙ্গলগী পুংশেন্ অমসুং জয় ধ্বনি )

সখী— অঙকপনি ! চৎলো, তম্মুরসি বা পুম্বসি
ঐথোযদুম্ প্রিয়সখীদা, চৎলসি লাউ থুনা ।
( অনিমক্ থোক্থিবা )

ইতি পদ্মাবতী নাটক্কী অহুম্শুব অঙ্ক

---

## মরিশুব অঙ্ক

### অহান্ব গর্ভাঙ্ক

### বিদর্ভনগর, সনথোঙ

( সারথি শানা কলি চঙলক্পা )

কলি— ( মথস্তদা )
কলিনি ঐ ; কনা নীক্তে বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডদা
ঐহাক্কী নাম তাবদা ? কত্তব শক্তিদা
তত্তনা চৎলি ঐ । শেম্বি থম্বাম্ বিধিনা—
ঈশিং মথাদা কম্লুদা, মাগী মথোক্ ঐনা
তিংথংঙাক্ ঙাইহল্লি নোক্লা নোক্লা ইপাঙ্গম্না ।
ঐগী ইচ্ছাননি, মাম্বহিং কাম্রিবা চন্দ্রদা !
রাহোঙ্গী থা-য়েক্প মতু উবদা, শাউদুনা
মথোঙ অনি অদু মওংথিনা শেম্মী ঐনা !
( কোইচচ্চৎপা )
দেবকুলদা পোক্ই ঐ , অমৃতগা হুগা

লোয়নহুনা থোরক্‌খিদো সাগর নৈবদ্দা।
ধর্ম্মাধর্ম্ম পুন্নমক্সি চপ্‌মান্নৈ ঐভোল্দা।
মীগী করম্‌ ওন্ন-তৈন থোক্‌পা—মহুত্তদা
কান্নৈ ঐগী ; মুত্তাই ঐদি অতৈগী মাবদা
মতম্‌ পুন্নমক্তা। ( চিন্তা তৌরগা )
বিদর্ভপুর অসিগী
রাজা রাজচন্দ্র ইন্দ্রনীল ; মহাক্‌পুদি
মান্না বৈরীবিরে হৌজিক্‌, ইন্দ্রাণী ফজবী
'দুগা নিংথিবী মুরজা, কুবের-চান্নবী ;—
অনিসিনা হায়জবদে, মান্না লাংনা ঐনা
কোয়শিল্লে রাজমণিবু, শাদাম্বনা শুরূপ
বন্দা হাৎনবগী সিংহবু কোয়শিন্ন ওন্না।
মাহেশ্বরী পুরীশ্বর রাজা যজ্ঞসেন—
ফজবী পদ্মাবতীসি মহাক্কী কন্যানি ;
লোন্না বরিদুনা মাবু রাজা ইন্দ্রনীল
পুরক্লে নিজ কোন্নুংদা ; পাউ অসি ঐহাক্না
দেশ দেশ শন্দোক্লুরে পাউজেল শাদুনা।
পৃথিবীগী রাজামধৈ মান্‌-শাউনা লাক্‌না
থানা ফমদুনা লৈররে নগর থোঙজিন্দা—
নেপথ্যদা—( লীকুং টঙ্কার অমম্ভুং মোইবুং মখোন্‌ )
কলি— ( মথন্তুদা )
তোতো তাও—বীরদর্পনা লাম্ভেংনরি হৌজিক্‌
ইন্দ্রনীল। ( চিন্তা তৌরগা )
শরক্সিদা ঐহাক্না হুদুনা।
পুবা ওমবদি রাণী পদ্মাবতীসিবু—

মহৈ য়াম্লনি ঐহাক্কী কামনা'দুদদি।
প্রিয়া কায়নবা য়াবনা ইন্দ্রনীল য়াং
থারগনি প্রাণ, মণি মাঙবদা ফণীদি
শিদো য়াবনা। অদুনা শারথি শাদুনা
লাক্লিবনি 'সিদা ঐনা। ( কোইচচ্চংপা )
অঙক্পনি! অঃহা—
রাজবংশসিগী লক্ষ্মী মহা তেজলৈবী!
মাগী-তেজনা পুরীদা চঙবা ঙম্‌রোইদ্রা?
( নোক্লগা )
কৈদো ঙম্মোইদগে? অমৃত চেৎ দেহবু
শোক্পা ঙব্রা যম্না হেক্না কদৌঙৈ? য়েঙ্গেদো
লাইনোংদম্না থেংনরব্দি য়াণীবু নথোঙদা।
( মাইকৈ মরি য়েংলগ হরাওনা )
মসি নত্রা পদ্মাবতী? লাক্লেদো কামিনি—
শক্তি অমোম্না অসুম্না অকি-খং লৈতনা
তারৈ শাদাবৈ থায়াত্তা; অসুম্না তত্তনা
পাইশিল্লিদো শাদাবগী লাংদা চেক্না'মোম্না!
( চিন্তা তৌরগা )
মতম্ থরগী দমক্না য়েঙ্গে উহল্দনা
করি তৌদগে হায়বদু। ( অন্তর্ধান। )
( ফিরুক্-খুম্বী পদ্মাবতী অমসুং সখী-চঙলক্পা। )

সখী— প্রিয়সখি, তাঙ্গা
অসিদা চেক্পন্ য়াংমদা থোক্পা করিমত্তা
য়াদে। লাউ অসিদা লেপ্সি ঐথোয়। 'দুগা নথোঙ
অসিদসু হক্কং-হল্দা চত্তেনা কনাসু

তোয়না ? কন-চাক্‌প মকম্‌ অমনি মসিদি।

পদ্মা— ( স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা )

সখি, ঐমুক্‌ লাইবক্‌থীবী অনিশুবা ? মেঙ্,
প্রাণনাথ কয়া বাবা নংলে ঐগীদমক্‌ ?
অদুগা থোক্লে অকিব লান্‌ অমগা, সিদৈ
ঐথোয় হিংলবসু ভগবতী পার্ব্বতীগী
চরণ কৃপাদৈ, পতিলৈতবী নূপীশিং,
মচা শিথ্রবী মমাশিং, মী কয়া কয়ানা
প্রোক্‌প্রোক্‌ চাকূনা ঐগী মিং তাবদা ঐহাক্‌পু
তৌগনিদো অভিশাপ কয়া, হায়ডম্‌দগে
মদু কনানা ? হে বিধি, ঐগী-ইরাইবক্তা
ইবিরম্‌দয়ে নহাক্না মুডাই-কংবা ; ঐনা
চৈদে নংবু মদুইদমক্‌, অদুবু করিগী
মীগী মুংডাইবা মাঙহম্বী ওইহল্লিবা ঐবু
নংনা ? ( কপ্পা )

সখী— প্রিয়সখি, খন্নিকুনু 'সিগুব বা।
নজীদমক্তা রাজাশিং শিরে লাংগোদুনা—
হায়বা নত্তে। অসিগুম্ব থবক্‌ পৃথিবীগী
মকম্‌ অয়াম্বদা থোক্‌থে। তাদ্রিবরা
নংবু, করি থোক্‌খি দ্রৌপদী স্বয়ম্বরদা ?

পদ্মা— সখি, কৈদৌ হায়রি নংনা পাঞ্চালীগী মদা ?
থাজগী ফজবা ময়েং তাহবদি হায়মু
থোইনদুম্‌ হেলহল্লি মাগী মায়হিংনা।

নেপথ্যদা— ( লীক্লং টঙ্কার ধ্বনি অমসুং লাযুং যৈবা )

( কিনা ) উঃ! কয়া

কিরব শব্দনো ! সখি, পায়নু নং ঐহাক্ পু ।
তোতো য়েঙু, বসুমতী নীরুয়মায়েনে
বীর ময়ায়া মখোড়না নেৎপদা ।

সখী— (আকাশয়োম্‌দা য়েংলগা ) করিনো !
সর্ব্বনাশ ! প্রিয়সখি, য়েঙু চুরমায়ে
মৈগী-নোং আকাশদগী ! অমুক্ ঙক্ প তেন্-লাং
উথিত্রি কৈদৌঙৈনমু ঐদি ।

পদ্মা— মাঙলে মাঙলে !
সখি, করি খোরুগবা ঐগী । ( কপ্পা )

সখী— প্রিয়সখি !
কপ্পমুবা ! কিকম্ লৈত্রে, য়েংঙু আহু, লাক্লি
অসোম্‌দা রাজ সারথি, মায়থিহল্লম্‌গনি
শক্রশিংবু লেপ্পা মহারাজমক্তা ।

পদ্মা— ( নেপথ্যয়োম্‌দা য়েংহুনা ) মাঙলে,
সর্ব্বনাশ শারে, মাঙলে ! ম থ স্তু
লাক্লি ?
( সারথি শানা কলি অমুক্ চঙলক্‌পা )
সারথি, রাজরথ থা দোক্লু না
লাক্লিব্বা নং ?

কলি— মহিথি, অমুক্ কিংবিরুমু
মবেম্মা । দাস অসিবু থাবিরক্লিবনি
মহারাজনা মবেম্মৈ নাক্তা ।

পদ্মা— করিগীনো ?
করি পাউনো, থুনা হায়ু নং ঐঙোন্দা ।

কলি— অক্তা—

অকব পাউ তাক্নি, রথ অমদা নেৎলগা
মহারাজনা ঐতোন্দা য়াথংসি হায়দুনা
থাবিরক্লে মবেম্মগী নাক্তা—মতম্ থরৈ-
দমক্ রাজপুরী থাদোক্তুনা মবেম্মনা
লৈবিনবা আদৈ চীঙ্গী দুর্গসিদা। 'দুনা
ননাইনম্ম পুক্তরক্লে রথ অসি সনা-
য়াথংদগী। য়াথং করি দেবীগী? তাক্পিসি।

সখী— প্রিয়সখি, তুমিন্ লৈরবদি কৈদোরে নং?

পদ্ম— ( স্বর শাংনা হোল্লগ )

সখি, নগরসি থাদোক্তুনা করম্ চৎনি?

নেপথ্যদা— ( লীক্লং টঙ্কার, হুঙ্কার ধ্বনি অমসুং লাম্বুং য়েবা )

সখী— উঃ, কয়া কিরব শব্দ! সারথি, কৈদনো,
রথ কদায়? থুনা পুরো ঐখোয়বু নহাক্লা।

কলি— ( মথক্তদা )
শিনিংলবরা করিনো লাইবক্থীবা সম্ম?
চণ্ডবতনি লৈকাদা লীক্লা ম'রক্শংনা,
কয়া গুবরা মানবু মুমিৎকী অয়াক্প
মৈশাদগী? ( কোংনা )
দেখি, লেভতসিদো।

পদ্মা— ( মথক্তদা ) হে আকাশ,
শব্দপুব কৌনৈ নংবু মীনা। কৃপাদুনা
দাসীসিদা, য়াহৈশিংসি ঐগী পুখ্রো নংনা
চেষ্মিন্না ঐহাক্তী প্রাণনাথগী নাকোংদা।
হে রাজন্, ইশ্বরে য়াথং নঙ্গী পদ্মাবতী,
'দুবু মাঙ্গী প্রাণ'দুদি লৈহোরে ননাক্তা

লান্‌কম্‌সিদা। য়েঙু, বজ্র-বিদ্যুৎ-কক-নোংলৈ
কিদনা চাতকিনীনা কোইপাই পাইমিন্নরি
নোঙা মহাকী * প্রসাদ ঙাইহুনতা।

সখী— চৎলো,
প্রিয়সখি। চচ্ছি ঐখোয়।

পদ্মা— ( স্বর শাংনা হোন্দুনা ) করে চচ্ছি হৃদি।

কলি— ( মথন্তদা )
ফণিনী কাহুনা পাইখে, ফ্রং লাউনা গরুড।
( পূমমক্ খোক্থিবা )
( ঈ-তৈৰ কী শেত্তুনা অমসুং ঈ-তৈব থাংশাং পায়দুনা বিদূষক চঙলক্পা )

বিদূ— ( মাইকৈ মরি য়েংলগা মথন্তদা )
রায় শোন্নু, হিংলেদনা। চেন্নক্পা করেদা।
লাইরব ব্রাহ্মণি ঐদি, মুঙাইদ্রা ঐঙোন্দা
পূমমক্পি? করি ভোদগেদো? হুই ক্ষেত্রি
কাংবুশিঙ্গা নৈমিন্নবা তায়ে পুক্থিবোঙী
মৈচাক্তগী। থোনা থজিক্ থরাক্ উত্রবদি
মখোয়না উশিৎখররোই হায়দুনা, অদুনা
Φ থঙাসি পায়দুনা ঐনা থোরক্পনি—লান্দা
চৎলুবশানা। অদুগা তৈরিব ঈ-অসি,
ঈ-নত্তে † আলতা মহি। ( হৌনা নোক্পা )
লান্ অসিগী ঈ-পাউ
ভাবদা আলতা থর হুহনা ফীজিদা
য়েন্নক্পনি ব্রাহ্মণীগী সিন্দুর সুবাক্তে।

* কৃপা। Φ কালীগী থাঙ অকোষ। † খোঙদা তৈনব অঙাংব পোৎ

মীচয়া থঙবদা থম লুনি কৈদো য়েপ্লক্‌পনো
হায়বচু। য়েঙ্‌, সিংহগী খুৎলাই ময়া, কাওগী
খুৎলাই মচি, শামুই খুৎলাই নাতোন্‌, উচেকীনা
মচিন্‌ 'হুগা খুজিন্‌, কেত্রিশিঙ্গী খুৎলাই লীরুং—
তেলোং, অদুগুম্না ব্রাহ্মণগী খুৎলাই-বিক্তা
'হুগা বুদ্ধি। বিদ্বাদদি ঐগীদি ক ময়েক্‌
হঙ-নি ; অদুমক্‌পু বুদ্ধি মরৈরি থরদি।
অদুবু লৈত্রব্রি অমুক্‌ মাংনা হাইগৎপবু
ওমমত্রা? য়েঙ্‌দনসে, ঐহাকী ফীজোন্‌গা
থ ওা গা উবদা কনানবু থল্লোইদগে
শগোন্‌-শামু-লান্মী কয়া কয়া যম্নালয়
তান্না ঐনা থারম্নগা সিদা লাক্লিবনি? (হৌনা নোকপা)
মহাবাজনা ফীজোন্সি উবদা ঐঙোন্দা
করি মনা পীবা? হে কত্তবি সরস্বতি,
তোঙরো ঐগী লেংবান্দা নং লাকুনা, থবক্‌
য়াররোই নত্রদি। ঙসি মিথ্যা কয়া হায়বা
তারবনি ঐনা মশিং লাক্‌পা ওম্‌দমথৈ।

(নাগরিক থর চঙলক্‌পা)

অহাম্ব— অসিদা লৈরে লেপ্তুনা আর্য মানবক।
মহাশয়, প্রণামজে। (নক্লিল্লগা ইঙক্‌ ওক্লা)
ইঃ, সিদি করিনো?

বিদূ— কৈনো, করিদোবে?

অহাম্ব— মহাশয়, দেহপুষ
ঈ-ঙাক্ত উরেনা।

বিদূ— কৈদো উরোইদগে? হোহো,

হোলি য়েংলুবগী পক্ত্রা আবির নশাদা।

অনিগুব— 'হুদি মহাশয় লেঙবিরকরব্রা লান্‌কম্‌দা?

বিদূ— কৈদৌ চৎলোই? নংনা খঙ্গা শারিদাইদো, ঐদি টুল অমগী পণ্ডিত্নি, গজ অমা-মথাই শাংব *সমাস নত্তনা ঙাঙদে,—বিচারগী সভাতদা হেক্ত' উৎলি দ্রোণাচার্য্য-বীর্য্য, 'হুগা ফুন-চৈনবগী মনম হেক্‌ ফংবদা কৌজি পায়হুনা লোৎলিদো ব্রাহ্মণীগী তুংদা! (হৌনা নোকপা)

অনিগুব— নত্তে নত্তে, মহু য়াব্রা? মহ বীর 'মনি অজ্ঞা ঠাকুরদি। ঈ-পাউ তম্বিয়ু তাসিদা।

বিদূ— করি পাউ-তম্‌দগে? য়েঙু, জমদগ্নি মচা ভীষ্ম—

অহাং— ম হা শ য়, জমদগ্নি মচা ভৃগুরাম।

বিদূ— হোইনে মানি। অমুক্‌ চরংনবসিদা মহু নীংশিংদরা? য়েঙু, জমদগ্নি মচা ভৃগুরামনা ক্ষেত্রিশূন্য ওইহন্‌খি পৃথীবু, ঙসি মহুগুম্‌ তৌথরে ব্রাহ্মণশিনমু।

নেপথ্যদা— (জয় ধ্বনি)

অহাং— তোতো মহারাজ, লেঙবিরক্লে শক্রশিংবু জয় তৌহনা লান্‌কম্‌দা।

নেপথ্যদা— (মহারাজগী জয়)

অহম্‌গুব— চৎলো, খুরুম্‌সিম্নাচরণ—।

* Compound words

নেপথ্যদা—

( বৈতালিকী গীত )

× × ×

নেপথ্যদা— কনা লৈ, মী অমা চেন্দুনা আর্য মানবকবু থুনা কৌরুদো। মহারাজনা মাবু থিরি।

বিদূ— আহ্ন তাওদো য়েঙ্গেদো ঐ ঙো ন্দা ঙসি করি মনা পীবগে মহারাজনা।

( খোক্‌থিবা )

অহান্ব— চুম্নদৈ নুবরা বেটা ব্রাহ্মণেয়ে মসি?

অনিশুব— অম্নক্‌ ইকাইনাইদব মী অনিশুব্রা পৃথ্বী-সিদা?

অহুম্‌শুব— 'হুদি ওইরিনিদা আলতা মহিত্রুম্‌?

অহান্ব— কবিদি ওইনি? মানবু চৎপ্রম্‌দ্রা লান্‌কম্‌দা?

অনিশুব— মহাশয়, লেঙো, থুরুম্‌সি স্নাচরণ-।

অহান্ব— চচ্ছি।

ইতি মরিশুব অঙ্কগী অহান্ব গর্ভাঙ্ক।

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

### চীংদোল্দা লৈব অশুকূপ কানন

( কলি চঙলকপা )

কলি— ( মথন্তদা )

পুরক্নে হুত্না রাণীবু শূক্রব
কানন অসিদা। হৌজিক্ কৈদনো ইন্দ্রাণী !
মাগী মকন্দা প্রতিজ্ঞা তৌরম্বনি ঐনা,
রক্ষা তৌরেদনা মতু কৌশল তৌত্না,—
( কলিগী কৌশল মহৈ য়াব্দবা কদৌউৈ ? )
চৎলে হৌজিক্ স্বর্গ তাম্না। ( য়েংলগা )
ইন্দ্রাণী লৈরেনা

'সিদা মুরজাগা—

( শচী অমসুং মুরজা চঙলকপা। )

( কোংনা ) দেবি ! তৌরি আশীর্বাদ।

শচী— প্রণাম। হে দেববর, করি তৌরে, হায়্ ?

কলি— ঙাক্চরে নহাক্না য়াথং চেক্সিন্না, ইন্দ্রাণী,
বিদাইরো হৌজিক্ চৎলগে স্বর্গপুর তাম্না।

শচী— ( ইফিং ফিংনা )
কদায়দা থনম্নে মাবু ?

কলি— অশূক্প বজিদা
সখী লোয়ননা থম্নম্নে মহাক্পু, মহিষি।
( নোক্লগা )
রথদা হাপ্পুনা'নিবু আকাশ পাংবদা

কয়া কময়ী মহাত্মা ভৌময়ী মিনতি,
নীংশিংবদা পুন্নমক্ নোক্‌ন নোক্লিংশুক্‌ই !

মুর— ( মখুতদা )
মচৎ অসুক্ ফত্তব মী লৈরিত্র্য জগত্তা ?
( কোংনা )
করে কলিদেব, দয়া লৈত্রবা থজিত্তা
নঙী থমোইদা ?

কলি— কৈব্রানো, দেবি ? শজিমোম্
শানিংথৌ সিংহনা কাব কান্দা মাপী কয়
মখোন্ তাবদ', থাদোক্‌প্রা মাবু চাখিজন্না ?

শচী— কলিদেব, ধন্যবাদ তৌরি ঐনা নংবু !
প্রণাম তৌরি চাথয়ক্ নঙী চরন্দুদা !
কল্লেদো ঐহাক্‌পু নংনা। নহাকী কৃপানা
লৈরেদো ঐহাকী মান। অপ্সরী মরক্তা
নঙী প্রাম্না হেক্ অপাম—ফজনি মাব্‌তা—
থাগনি মহাক্‌পু ঐনা নহাকী নমুন্দা,
রবিদা দান তৌগুম্না পুঞ্জিনা, অনৌব
নলিনীব্ নোক্লা নোক্লা নিশি লোমখিবদা।
ম ত ন অরৈব মথৈ স্ব র গ থা ম দা
নঙীনি পূমদো। মেন্ড্, ওসিঙগী শচী
ত্রিদিবগী দেবী—দেব, ওইরে নঙী দাসী।
চৎলোদো স্বর্গদা হৌজিক্। থুনা লাক্লগা
মতিক্ চাব মনা-মথুম্ পীরগে নঙোন্দা।

কলি— অজ্ঞা ! বিদায় লৌজরে অহুদি ঐ, সতি। ( থোক্‌খিবা )

মুর— সখি, করিবয়া থৌদৌ অসিব্ ঐথে।য়ঙ্গী ?

শচী— কৈদোরে ? করিগী কথলোইদগে ?

মুর— মী অভৈগী

দোষদগী খোরাং তৌরি ঐখোয়না অয়াবা

পীনবগী মবুক্ শেংবী নুপীমচাসিদা।

শচী— আঃ, কৈদৌ ভাণ্ডব-শারিনো অরেবদা ? ঐনা,

চাম্বক্তি শুরয়িনি হায়খিবা নাঙোন্দা—

দুষ্ট লাক্লবগীদমক্ স্বয়ং সৃষ্টি কর্তা

বিধিমক্না ভগবতী বসুমতীবু সু

নুপ্ হল্লি ঈশিংদা মতম্ মতম্‌দা। অদুবু

ভগবতী বসুধানা নংলিব্রা অবাবা

মশাগী প্রোমনা ?

মুর— মদু করম্ হায়নি ঐনা

( মাইকৈ মরি য়েংলগা )

অমুক্ত মাইকৈ অসোম্‌দা য়েঙু মুরা, সখি !

শচী— করিবো ?

মুর— সখি, আদগী চিংদোন্ মরুম্‌দগী,

য়েঙুদো কনানো অমা লাক্লিসে অসোম্‌দা ?

অঃহা ! লেংখোরক্লবরা হরিদ্বারদগী—

ভগবতী ভাগীরথী ? উথিত্রি কৈদম্

ঐদি অসিমুক্ ফজব মশক্-মতৌ- রাশি।

শচী— মসিনে, পদ্মাবতীদো।

মুর— সখি, মাগী-মশক

উবদা, কৈদনো মাবু অমুক্ উথিবগুম্

থল্লি ঐনা। ( মথক্তদা )

হাইবা, কৈনো ? ঐগী খোয়াং অনি

খোম্ নঙথরবা খুদক্তা ? হে হৃদি, কৈননো
অমুক্ চরাংনরিবা নহাক্না ?

শচী— সখি, অমুক্
চংলসি কলিদেবগী মনাক্তাম্না ঐখোয় ।

মুর— করিগী ?

শচী— চঙ-চংলুবা, কৈদোই ? হৌভিক্স্
মপুং ফাদ্রি নিংথিজনা ঐগী অংগীংব স ।

মুর— সখি চংনিংদরে করিমত্তা কলি দেবৈ
নাক্তা ঐদি । চংপু চংলে ঐদি । অলকাদা !
(থোক্থিবা)

শচী— (মথস্তদা)
চচ্চখোদনা ! নঙোইন্দ ফংদোব কাঃবা
মখৈদো খঙি ঐ মুম্না । ঐ ইথস্তা লেংক্তা
চংলগে কলিদেবগী নাক্তা । ইন্দ্রনীল
স্বয়ম্বর লান্দা শিখে—অসিগুম্ব তোক্ঙা
অমতং শন্দোক্লবদি—ফনিদা অংক্ম্ ।
(থোক্থিবা)

(পদ্মাবতী চঙলক্পা)

পদ্মা— (মথস্তদা)
হাহা ! কম্বিনি কনানা ঐবু অৱাব-লাং
অসিদগী ! লাই নত্রগা লাইবেথী কনানা
শীথ্বিরিবা অৱাবমুক্ পীনবৈ মঙোন্দা
লাইবক্থীবীসিদা ওই- ওইনবিহ্না ? (মাইকৈমরি যেংলগা)
কযা

কিবব মফম্নো । নুংশিন্দস্ন খোংম্বাইকাপে

অচিক্‌প মকম্‌ অসিদা যামিনী দেবীম্।

( স্বর শাংনা হোন্থোক্লগা )

হা প্রাণনাথ, নহাক্ন্‌ থাবিরব্রা বন্দা দাসীসিবু শাউবিদ্রনা রঘুমণি রান্না তৌথিগুম্না ভগবতী জানকীবু দোষ-লৈতনা। হে প্রাণেশ্বর, ঐহাক্‌পু নহাক্না মুণ্ডাইবা ফংহন্ব্রে সংসারগী, ’সিগীদমক্‌ মনঃ মুডাইতবা কৈস্থ লৈতে ঐগী, ’দ্রদা ঐগী অবাবা’সিমদি লৈরেদো পুন্সিগী উবা ফংলরোই ঐহাক্না নহাক্‌পু অবাবা সমুদ্রদগী লাম্থোক্‌পা। ( কপ্পা )

ক রি থোক্লগবা

ঐগী ? হাহা ! কন্বিগদগে কনানা ঐহাক্‌পু ?

( কোইচচ্ছত্‌না চীংদা য়েংদ্রনা )

হে গিরিবর, নিজরি নডোন্দা আশ্রয় অনাথাসিনা, নহাক্কী করি য়াথং লৈবা ? ( চিন্তা তৌদ্রনা )

তুমিন্না লৈবিরবরা ? কৈদৌ লৈরোইদগে ? হে গিরিরাজ, পৃথিবী অসিদা মবুকচেন্‌-চাউব মীগী ব্যবহার’সিনি মী মচাদা। সিংহনাদ হেক্‌ তাবদা পাউখুম্‌ পী খুদক্তা, নোঙঙংবদা হুন্না ঙংবি, বজ্রগী শব্দদা পাথত্‌না ঙুংঙুং ঙংবি ;—অবলানি ঐদি, ’দ্রনা কৈদৌ কৃপা দৃষ্টি তৌবিদ্রগে নংন্না ঐঙোন্দা ? ( কপ্পা )

কয়া ঙক্‌থ্‌রবা ! অমুক্‌ শুক্রে বুঝি,

মসিদা কিমরে ইথৈক্তে থোন্ শাবদায়্রু।
হাতা ! কৈমনো চঙ্গোবা হৌজিক্ ঐনা ? নাক্তে
হৌজিক্ কাওবা বসুমতী।
( লাদা ঈশিং পুদুনা সখী চঙলক্পা )

সখী— প্রিয়সখি, সেসে।
আঃ করি অমুক্ হায়সিবা, ঈশিংসি থিবদা
কয়া লাপ্না চৎলুরবা ?

পদ্মা— (ঈশিং থক্লগা) সখি, অরেম্বদা
নংবু ঐনা থাহল্লেদে। হাহা, থাখরেদা !
পাপ প্রাণগী থোরাং'সি কোক্'ত্রা ঈশিংসিনা ?
( কপ্পা )

সখী— প্রিয়সখি, চীংলম্ অসি কয়াত কিরব
মফম্লো ?

পদ্মা— করিগী ? কৈদোদনা ?

সখী— উঃ। উরক্লে
ঐনা-নোংশা কয়া, কৈজাও কয়া, ইবোই কয়া,
শওম কয়া'দুগা লম্ওক্ কয়াগী থোঙ্গুন্দো,
থুক্ থুক্ কভিঙ ইবুক্ মচু নীংশিংবদা। শুক্লা
মম বন'সিদা প্রি য় স খি, ক ম্বি দ গে
কনানা ঐথোয়বু ? ( কপ্পা )

পদ্মা— ( সখীগী মথুৎ পায়দুনা ) সখি, দোষ করি ঐনা
লংজখিবা প্রাণনাথে মকমুদা নীংশিংদে
হৌজিক্কাও ঐনা। অদুবু ঐহাক্পু মহাত্মা
অসুক্ থীনা চাম্বিত্রবা—লাইবক্থীবীসিবু

মুংশিবিব মীচুব্ মু শাউববা মহাক্কা ? (কপ্পা)

খী— প্রিয়সখি, ঐগীদমক্ কপ্পনু নং।

পদ্মা— সখি,

ঐগী দোষদৈ নহাক্ম্ শিগদরা ? (কপ্পা)

সখী— (মপি তানা পদ্মাবতীব্ কোল্লগা) শিবা কিত্রা, প্রিয়সখি, ঐনা নঙ্গীদমক্! ঐগী প্রাণ পীজ্রনা নহাক্পু ক ম্বা ওয়বদি বিপদ-লাংসিদৈ ঐনা, তৈয়ার তৌরে ঐ হৌজিক্মক্ পীনবা। (কপ্পা)

পদ্মা— (স্বর শাংনা হোল্লগা) হা বিধাতা, হি অসিবু নংনা শাবিরম্রবদি লুপ্পনবৈ দমক্ অপাব সমুদ্র য়ায়দা, করিগী মসিবু নংন ঈশিং থম্না তাউহল্লম্বা ? (কপ্পা)

সখী— প্রিয়সখি,

ঐগীদমক্ কপ্পনু নং। (কপ্পা)

পদ্মা— সখি, লাউ অসিদা ফম্সি ঐখোয়। শিবা তম্ম্রদ্বি ইরাইবক্তা, শিমিন্ননি পুল্লপ্ ঐখোয়। (নুংপাক্তা অনি কপ্পা)

সখী— প্রিয়সখি, দুষ্ট সারথি অসিনা অমুক্ কত্তব বেভার ঐখোয়দা তৌরম্নি,হায়সি থম্নম্দে মওদা কাও ঐনা।

পদ্মা— (স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা)

সখি, করি দোষ লৈনি মাগী ? মাদি মিনাইনিদে।

নেপথ্যদা— হৈ অ পং ব প্রা ণ! লান্‌ফম্‌সিদা নংনা থাদোক্লম্নবদি অত্তেকপ কৈশুম্‌শং-শুম দেহ অসি। থাঙলম্মোইদো মৈচাক্‌অসি অমুক্‌ নংনা! অরাবনি!

পদ্মা— ( কিনা ) কৈনো কৈনো সিদে ?

( অনিমক্‌ হৌগৎপা )

সখী— ( নেপথ্যদা য়েংলগা কিনা )

প্রিয়সখি, সিদি, মায়াবী রাক্ষস অমা ওইবমাল্লে ? হে ঈশ্বর, কনা কন্নি হৌজিক্ ঐখোযবু ?

( অশোক্‌প লাম্মী শানা কলি অমুক্‌ চঙলক্‌পা )

কলি— নখোয় মী ওইববস্থু, দেব কন্যা ওইববস্থু, শাউবিন্নু অসিদা খুদক্কা ঐনা চঙলক্‌পসে। হাহা! শা-নিংথৌগী শাথিব থুখাদৈ চৈনা ফংহুনা শামুনা কিনা চেন্নগুম্না চীঙ্গী কুরুংদা, অসিদা লাক্লে চেল্লক্‌না ঐস্থু।

সখী— ( নুংশাথিনা ) কৈনো ? কবিদোরে ?

কলি— লাম্মী অমনি ঐ বীর চূডামণি রাজা ইন্দ্রনীলগী। মহাক্কী বৈরীশিঙ্গা রায়া শাথিনা লাম্হৎনবদৈ ভারে ফত্ত-দশা অসিদা।

পদ্মা— ( নুংশাথিনা ) হে মহাশয়! কন্নিনো লানগী পাউ ?

কলি— ( ষরশাংনা হোন্নগা )

অঃহা! দেবি, কৈদৌ হৎবিন্নিবা রাজ নংনা

ঐঙোন্দা ? অকম্ব শক্রশিংনা লান্মীশিঙ্গা
মহারাজগা হাৎলগা, ভস্ম শাহন্থরে
বিদর্ভ নগরীবু।

পদ্মা— অ্যাঁ ! কৈনো, করিব্বানো ?

সখী— এঃ এঃ ! প্রিয়সখী, তাইফেৎ তাইথ্রবা চিঙৈনা ?

পদ্মা— ( জ্ঞান মাঙদুনা লৈপাক্তা তুবা )

সখী— ( পদ্মাবতীবু তম্বাক্তা পম্দুনা )
মাংলে ! প্রিয়সখী জ্ঞান মাঙদুনা তাথরে।
মহাশয়, আদগী চীং অসিগী অম্বাইদা
থোং অমা লৈবনি, ঈশিং থবদং 'দুদগী—
লৌবিরকবদি চান্বিদুনা কা ম্ন নি দা।
অচম্ব নৃপী 'মা নত্তে ! মসে পদ্মাবতী
রাজ মহিষীনি।

কলি— মাগী শক্র চিক্রম্মগা
কালসর্পনা মথুন্দা চংখিগুম্না, ঐস্থ
চৎলগে ইয়ুম্দা, ঐ-নীংবা থুংলবনিনা। ( ফোংনা )
অদুদি চৎলে ঐ। ( চৎখিবা )

সখী— ( মথক্তদা ) হাহা তৌরিবসে কৈনো ?
( অকাশদা মেঙনা পুংশেন্ দৈবা )
কৈনো ? আকাশদা—

গীত

লূম—যৎ

করিমুক্ হায়নি নঙোন্দা ?
মুংশিবদা লৃপ্ত মীদি অবা-মুঙাই থান্তি কয়া
অতৈগী দমক্তা।

চন্দ্রমাগা চাম্নবী য়াম্না ফুজাই চাকোরিনী;
কদোইডা নত্তি অবাবা, কামদেব-তেল্লা !
নলিনী ভানু চান্নবী লুপ্চে প্রেমগী রাসদা
অদুবু কদোইগী তাউই, থাব-ঈপাক্তা !
প্রেম চপ্‌মান্না লৈতে, কদোইডা মুডাইনা লৈদো,
কদোইডা কায়নবনা চাকুই পিংশিন্নন ॥

---

( শাংজবীশানা রতিদেবী চঙলকপা )

থাং — ( মথম্তদা )

শচী-গুম্বী চণ্ডালিনী লৈরা অতৈ দেব
মরক্তা ? চুষ্ট কলিগী মতেংনা অবাবা
কয়া পীবা হৌরে পদ্মাবতী মহিষীদা,
খ্নাই শেং-কায় মচু নীশিংবদা । হৌজিক্ ঐনা
তোদোবা করিনো ? ( চিন্তা তৌরগা )
চিত্রকূট চীং মনাক্তা
তমস তোক্বান্দা লৈবি নুপী-নহা থাওনা
মহর্ষি মঙাম্, অদুনা, পদ্মাবতী 'জুগা
বসুমতীবু পুত্না চৎপা তাবে মুনিমগী
আশ্রমদা । অদুদগী থা পুম্নমক্ অসি
হন্দংলিনি ঐনা ভগবতী পার্ব্বতীদা ।
থবাই মাওনা তৌবিরদ্বি বিষয় অসিদা
মহাক্না, অকিবা লৈরোই অতৈ কল্লিমতা ।
গঙ্গাদেবীনা শোক্‌পদা শেংব-দেশতুদা
থোরাংব-মৈচাক্না চাক্‌প্রা কনা ? ( চঙশিল্লগা ফোংনা )
সিবি, কনা

কনানো নথোয়দে ?

সখী— নংদি কনানো

রতি— চীংসিদা

ঐ শীংখিবা লাক্লিবনি, কৈদৌরি নথোয়দে ?

সখী— য়েঙ্‌দো, জ্ঞান তাদনা লৈরে ঐগী প্রিয়-

সখী, ঈশিং থর লোকবা ওমদ্রা নংবো ?

রতি— জ্ঞান তাদ্রবা ? কান্নরোই ঈশিংনা, হৌজিক্লক্

ফহল্লগে ঐ মহাক্‌পু। (পদ্মাবতীগী মশাদা মখুৎনা নাম্বা)

পদ্মা— ( জ্ঞান তাবক্‌না স্বর শাংনা হোন্দোক্‌পা )

রতি— য়েঙ্‌, জ্ঞান তারে

নঙ্গী সখী।

পদ্মা— ( হৌগৎলগা ) সখি, অঙক্‌প মঙ অমা ঐনা

মঙলম্মি, করম্না তম্নি মহু ?

সখী— প্রি য় স খি,

করি মঙনো ?

পদ্মা— ঐগী কোক্তা নাল্লগা হায়রম্মী

য়াম্‌-ফজবী দেবকন্যা অমনা,—ইবেম্মা,

তপ্‌থো। থেংনরনি থুনা নঙ্গী নবুভোগা।

( রতিদা য়েংলগা সখীদা )

সখি, কনানো নূপীসে ?

সখী— প্রিয়সখি, মসি

শীংজবৈ মচানূপীনি।

রতি— সিবি, সিদ্রা লৈবা

কিদ্রা নথোয় ?

পদ্মা— করিগীনো ?

রতি— থঙত্রা নখোয়'সিদা
নোংশা কয়া, শওম্ কয়া, লীল্লা কয়া লৈবা ?

সখী— ( কিনা )
সর্ব্বনাশ ! করি মমিং কৌই চীং অসিগী ?

রতি— চিত্রকূট কৌই মসি।

পদ্মা— বিদর্ভ নগর
কয়া লাপ্পি অসিদগী, নং খঙববা ?

রতি— সিদৈ
মুমিৎ য়াম্-কুইনা চঙনি বিদর্ভ নগর।
করিগীনো, চৎনিংবরা অদুদা নখোয়বু ?

পদ্মা— ( মথন্তদা )
হা ই রে ! লৈবু লৈরিদরা বিদর্ভ নগর
অদুবু ! হে প্রাণেশ্বর, করিগী নহাক্না
পুবিরম্ দবগে লাইবক্ থীবীবু লোয়ননা ?
( কপ্প' )

রতি— ( সখীদা )
কৈদো কপ্পি নঙী প্রিয়সখী ? মা অসিদা
কিরব্দি চঠিচ্ছ লাউ ঐগা।

সখী— কৈদা পুদৌরিবা
ঐখোয়বু নহাক্না ?

রতি— চীং অসিগী ময়ানক্না
তপস্বী ময়াম্ লৈ, মহোয় অদুগী আশ্রম
অমদা চৎলব্দি করিমতা লৈরোই রাবা
নখোয়গী।

সখী— ( পদ্মাবতীদা ) করি হায়রি নং, প্রিয়সখি ? ঐগী

বিচারদদি অসিদা পম্বা রাত্রে মিকুপ্
অমা ফাওব।।

পদ্মা— সখি, নদী ইচ্ছা।

সখী— চৎলো, হুদি।

শীংথবৈ মচা, নম্‌জিঙ্ঙারাউদো নং ঐখোয়বু।

রতি— নাউ অসোম্‌দা। (পুম্নমক্ চৎখিবা)

---

## অষ্টমশুব গর্ভাঙ্ক

### বিদর্ভনগর রাজভবন

(রাজা ইন্দ্রনীল মায়থোং মক্লা অমসুং তুমিন্না লেঙখিবা, মন্ত্রী)

মন্ত্রী— (মথন্তদা) হৎপামুক্ শুরেদো পদ্মাবতী
রাণীগা বসুমতীগা কৈদনো চৎখিবা!
রাজপুরী থাদোক্লনা, খিবা কংদ্রে তাদ্রে
ঊ-পাউ। (খর শাংনা হোদোক্লনা)
হাইরে! মহারাজ হৌজিক্ থাজদরে
রাজমহিষী কজনি; অদুনা লেখিরি
চাদ-থক্তনা তুম্দ-হিপ্তনা দিবানিশি।
অতৈ অতৈ নিতি খবক্তসু পুক্লিং চঙদ্রে
থোইদিং অমা ফাওবা। মহারাজগী দুর্দশা
উবদা কাররে হৃদিসে। হা বিধাতা নদী

সামান্ত নিন্দায়া মসি! প্রণয় মৈচাক্লা
চাক্হল্লবা দয়াসিন্ধু অসিবুসু নংনা,—
চাক্হল্লবা নম্জাউ মৈনা কল্পতরু 'সিবু,—
হল্লিনবা দুষ্ট রাহু থায়াত্ত অকব
রবি অসিবুসু? ( চিন্তা ভৌরগা )
'হুনা কায়দে শাইহুনা
অসিদা অমুক্ ঐহাক্লা। পুং অনিরুদ্ধ্ গুরে
ঐনা সিদা লেপ্লিবসি; 'হুবু য়েংবিদরে
মিচ্চিনা মহারাজনা অমুক্ত ঐঙোন্দা।
( নেপথ্যদা য়েংলগা )
অসোম্দা লাক্পিরিদনা আর্য্য মানবক।
য়েঙ্গে করি উপকার কংবগে মঙোন্দে।
বিদূষক্ চঙলক্পা

বিদূ— ( মন্ত্রীদা )
মহাশয়, চাবিহুনা লেঙথোক্পিয়্ 'সিদৈ—
গুহাক্তং। মহারজাগী মৌনব্রত অসি
থুগাইবা গুথ্না য়েংজগে।

মন্ত্রী— অজা, চথোক্লে ঐ।
( চৎখিবা )

বিদূ— ( মথন্তদা )
হাহা প্রিয় * বয়স্যগী দুঃখ দশা অসি
উবদা হিংনিংদরেদা মিকুপ্ অমা কাওবা।
হা অর্থিব বিধি, অসি লৈরব্না নবুক্তা?
( চিন্তা ভৌরগা )

* চায়ব মরুপ্

মহৌশানা ঈশৈ রায়া পাম্বনিদা, প্রিয়
বয়স্তদো, করিগীদি পাম্মোইদগে ? নুনা
ম্তৌই কোকিলবু ঋতুরাজ বসন্তমা।
অচুনা পুরক্লে ঐনা অসিদা রাণীগী
ঈশৈ হৈবী সহচরী থরা। যাত্রা য়েক্নে
মথোয়গী সুংশিব-থোন্না প্রিয় বয়স্যগী
মনঃ হুন্ডাইহন্না ? ( নেপথ্যদা মী তাহন্দনা )
নিপুণিকা নত্রা, নথোয়
পুয়নক্ রেডি তৌরব্রা ? ( মনাকোংনা তায়গা )
কয়ে, হৌরোহ্নদি ?
( নেপথ্যদা—( যত্র ময়াম্গী অতপ্প মথোন্ )

বিদূ— ( নেপথ্যদা মী তাহন্দনা )
বাঃ কয়াত মনঃ হুব থোন্নো। শকুউ তাসি
নিংথিব ঈশৈ অমতং ?

নেপথ্যদা—

গীত

বারব্র ঠুংরী

অথোইব রত্থনি সুংশিবা।
কদৌঙৈ ওম্মু! লম্দুবু কায়নবনা হুবা॥
থম্বান্দা পাল্লিদো তিংথং, 'হুবু নুনা তৌই মীনা,
কায়নবা উবদা প্রেম্বু থাদোকৃই কনানা ?
কায়নব-তুঙ্গী মিলন মুণ্ডাইনবৈনি দ্বিগুণ
অমাবস্যা তুংদা থানা নিংথিজবগুন্না।

রাজা— ( স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা ) সখা মানবক—

বিদূ— ( হৱাওনা )
মহারাজে জয় !

রাজা— ( হৌগৎলগা ) সখা, লম্মৈনা চাক্‌থ্‌ব লৈরাং-লৈকোন্দুব্‌ বাদনতা তোক্কনিদ্রা ঊশিং-চাইবা।

বিদূ— বিধাতানা, বয়স্য, শীঙ্গিন্‌ লম্মৈ চঙদনবা লৈরাং লৈকোন্সিংশুবদা।

রাজা— ফরে ফরে, সখা, পুন্সিচুপ্পা ফাজিল্লেদো ঐব্‌ নংনা। য়েঙ্‌, আগ্নেয়গিরি মথক্তা নোং চুরবসু তওনা, মুত্তেদো মহাক্কী মমুঙ্গী মৈদি, অদুব্‌ মরেংদি য়াম্মা তাই মাগী দেহগী মৈচাক্তি। করিব্‌ তৌদগে নংনা ঐগী মনঃ পেন্নবগী দমক্‌ ?

বিদূ— থওদ্রা, বয়স্য, সাগর পাথৎপদা জীব কয়া নিংজিংনৈ হায়রবসি ? ঐখোয় পুন্নমক্‌ মুন্ডাইজৈ য়াম্মা নংনা থর তপ্‌থবদা।

রাজা— ( স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা ) সখা, অসুক্‌ কল্লা নোং-মুংশিৎ শিৎলব্দা লেঙদনা লৈগদ্রা সাগরদো ? য়েঙ্‌, দেবদেব মহাদেব, 'দুগা স্বয়ং বিষ্ণু অবতার রঘুমণি— কাওবা বাহুল্লব অবাব ভাগী অকব চৈফুদা লেঙদবা য়ানি করয়া পীক্‌থ্‌ব মী-ঐনা ? ( চিন্তা তৌবা অমসুং স্বর শাংনা হোল্লগা )

হে বিধি ! থাথল্ করিম্ নহাক্কী
লৈত্রবরা ? নীলকণ্ঠে দেহ চাকৃহন্‌খিব
হূহ্ পীথক্লে ঐঙোন্দা নংনা ?

বিদূ— ( মথস্তদা ) অঃহা ! প্রিয়-
বয়স্থগী থাব-থাহৈ তাবদা শেৎ কায়রে
ইব্‌প্পি ! হাইরে তম্‌খিব বিধি ! নপুক্লিংদ
লৈয়ব্‌া মসি ?

রাজা— কয়াত ওকৃথ্‌বনো সখা,
স না উয়ীসি করম হিংচাবনা ঐগী
হৃ দি দে শ দ গী হুরান্সুনা পুথ্‌বনো,
পীবা ওম্ত্রে কনানম্ পাউ অসি ঐঙোন্দা ?
হে চেক্লা নিংথৌ জটায়ু, মীগী উপকার
তৌব নঙ্গুম কনাম্ লৈত্রবরা হৌজিক্
উচেক্কী বংশদা ? হাহা ! ( মূর্চ্ছা ওইখিবা )

বিদূ— মাঙলে, সর্ব্বনাশ !
সর্ব্বনাশ ! ( খোল্ থাংনা )
সিদা কনা কনা লৈ ? অমুক্ত
থুনা লাউদো'সোমদা ।
( কয়া মন্ত্রী অমুক্ চঙলকপা )

মন্ত্রী— কৈনো সিদে ?

বিদূ— মহাশয়,
কয়িনো হায়দোবা ? উবিরেদনা শংশংনা ।

মন্ত্রী— ( মিত্তা ঈয়াচেন্না )
হে রাজকুলশেখর, ন দী যো গ্য চা ব-
শথ্যারা মসিব্‌ ! আর্য্য মানবক, কয়া

শুরুব থোদোনো! প্রজাশিঙ্গী শুংশিবগী মশক্‌ থাঙ্গাবাৎনা কোয়শিন্ন রাজনগর অসিদা, করম্না চন্থ্রবনো লাক্‌ভম্‌দব শত্রু অসি? হা নরমণি, হা, বীরসিংহ, ভগবতী মমুথাব্‌ মাপী আলিঙ্গন— থোন্নিনা পুন্দুনা থম্বিরম সী মা দ ব সাগরনা থাদোক্‌পীরে মাব্‌ অমুক্‌ কুইবা 'সিদা। অরাবনি! নোংদম্‌ থিথ্রবনো!

বিদূ— মহাশয়! লাক্‌পিয়ুদো, পুদুনা চৎলসি মহারাজব্‌ অতৈদা।

মন্ত্রী— কগনি, পুরসি।

(অনিনা রাজাব্‌ পুথোক্‌থিবা)

ইতি পদ্মাবতী নাটকী মরিশুব অঙ্ক

---

# মঙাশুব অঙ্ক

## অহাম্ গর্ভাঙ্ক

### শক্রাবতার মনুংদা শচীতীর্থ

(শচী চঙলক্পা)

শচী— (মথন্তদা)

বসন্তদা তীর্থসিগী অক্লব-ঈশিংদা
ইশা শেংদোক্ই অচুগা নিকুঞ্জ অসিদা
শাৎলিব লৈরাং খিবিক্লা খেৎলগা শম্জিদা
চৎলি ঐনা দেবেন্দ্রগী শয়ন-মন্দির
তামা, মরম্ অচুদগী শচীতীর্থ কৌনৈ
মীনা পুখি্সিবু। স্নান তৌরবদি
তীর্থসিদা লেঙদনা লৈ নূপীগী যৌবন,
চুগা শক্রক্ চামা হেন্লি মখোয়গী শক্-রাশি
ফুদোংলব সনামচুঙয়া। (মাইকৈমরি য়েংবা)

ঋতুরাজ

বসন্ত লাক্পদা, বাঃ বাঃ কয়া নিংথিরবা
উমং অসি!

নেপথ্যদা— গীত

বাহার-ভৈরবী—যৎ

মধুর বসন্ত লাক্পদা
খোইমুনা ঙংলি তোয়না তোয়না,
মধু চুপ্পুনা হরাওনা লৈরাং লৈকোন্দা।
কোকিল্ কয়ানা,

কুহরি পঞ্চম্‌দা,
মনঃ হুরি মথোন্দু-তাবদা।
উপবন মথৈ,
হারেনা মনম্না,
তত্তনা মলয়ানা শিৎপদা।
নুঙাইবগী মরম্‌,
বসন্ত মতৌগুম্‌,
উজদে 'সিগুম্ব ত্রিভূবন্দা।
মদন রসদা,
মৎ-কায় নুঙাইবদা,
শাবি-শানৌ অনি তিন্নবদা।

---

শচী— আদো গান তৌবি উখোংসিদা ঐগী সহচরি অপ্সরীশিং। কনাই মনঃ লুপ্তবা নুঙাই-ঈপাক্তা মধুকাল'সিদা ?
( কোইচচ্চৎলগা)
যেসাম্ন ওইসন্ন, অম্নক্‌ কুইবা তুংদা দ্রুষ্ট-ইন্দ্রনীল দণ্ড কংলে মতিক্‌ চপ্‌ হেক্‌ চাব। কম্না নুঙাইরেদো ! থা কয়ানো শুরে, ঐনা কলিদেব তানদুনা রাজপুরীদগী হুদুনা মহাক্কী রাণী পদ্মাবতীগুবু পীখ্রে বনবাস। হৌজিক্‌ রাণী কায়নবগী মৈচাক্লা মরৈবাক্‌ থাদোক্লুনা ইন্দ্রনীল

কোইচচ্চংলি মেশদেশ ইহৈহৈনিংদনা।

( শাউনা )

আঃ পাপী মচৎ কত্তব লক্ষ্মই ! নংনা থৎন-

শারি নোংশামোম্‌গ: । চাজৌ হৌজিক্‌ কল্লকপেন্না

নদী কুকর্ম্মগী ফল ! কমিনি কনানা

নংবু হৌজিক্‌ ?

( পুষ্প পাত্র পুদুনা রম্ভা চঙ্লকপা )

রম্ভা— দেবী, মালা অসি থোম্মিন্নো

য়েংসি অমুক্ত ?

শচী— কদায়নো ? য়েংহ পীয়ু। ( লৈপরেং লৌরগা )

হাঃ হাঃ

কদনা লেংলেদা ! কৈদৌ অসুক্‌ কুইরক্লিবা ?

রম্ভা— ( নোক্লা নোক্লা )

দেবী, ঙসিনে, ঐননে মান্নথিহল্লম্মেনে

লাক্না খক্ত কয়া কয়া, কুন্তানি মবেম্মা

মহু হেক্‌ লাক্না।

শচী— আরোইবনা ?

রম্ভা— ( নোক্নিহুনা ) লৈ-মল্লামসি

হেক্‌পা হৌগৎপদা ঐনা, শাউনা থোইমু কয়া

পাইরকনা ঙুংঙুং ওৎলৈ ঐবু কোইশিন্নুনা,

কমি হায়নি মহু ইকেঙদা। অতুম্‌ ওৈনা

কোইশিল্লি স্বর্গ পুরীবু দুষ্ট দৈত্যশিংনা

মোইকু লোংহুনা।

শচী— ( মোবোগুনা ) ভৌদগে করিয়ুক্‌? মহুনা

ক্লাপনী ঐনা কবক হংশিংবতম্‌ ; হাইদুনা

ঐগী ইনফীগী ফীজি, লাম্বা নিংহন্নবা
বীরবর পুন্নমক্ চেন্‌খিরম্মী কন্না।
( কপ্পা কপ্পা মুররা চঙলক্‌পা )

শচী ( মুংশাখিনা )
সখি, যক্ষরাণী, করি তৌরে ?

মুর— শচীদেবী,
শাহল্লেদে৷ মহাম্বক্না ঐগী সর্ব্বনাশ !

শচী— কররা ? কররা ? কদ্রি তৌরবা ?

মুর— করিবু
তৌখিদ্রিবগে ? ( কপ্পা )
যাঙলেদো ! ইযাগী ইবেম্মা।
পৃথিবীগী মতৌগুন্না তম্‌খিবী ওইদুনা
ঐনা অমুক্ য়োংশিল্লম্মে গর্ভদা পুরম্
মহাক্‌বু। মুংশ থঙন্নবন্না ঐবু সিংহী
'ভ্রুপা বাঘিনীদৈ হেন্না ? অসিবু মহাক্কী
হে বিধাতা, লীলাখেলা অমম্বা ! ( কপ্পা )
হাহা
কৈদা তৌখরে কনানা অসিগুম কর্ম্ম
মমানা ? ( কপ্পা )

শচী— যাঙবু, সখি, হায়মুবা করিনো
নংনা নিংথিনা ঐঃভান্বা ?

মুর— সখি, করি হায়নি ?
ঐগী বিজয়ানি ইন্দ্রনীলগী মহিবী
পদ্মাবতীদো।

শচী— কৈন্নাদো ? কনানা যা অসি

হায়রিবা নত্তোন্দা ?

মুর— কনানবু হায়রদগে ?
ভগবতী বসুমতী স্বয়ংনা তাক্‌পিরে।

শচী— সখি, কপ্পম নং, ময়েক্‌ শেংনা তস্মু বাহু ঐত্তোন্দা থোইনত্নুম্‌। ফরে, পদ্মাবতীমক্লা নঙ্গী বিজয়া ওইরদি, কৈদগী ফংলুবা মাবু মহেশ্বরী পুরী রাজা যজ্ঞসেন্না ?

মুর— ( স্বর শাংনা হোল্লগা )
বিজয়াবু পোক্‌পিরগা দেবী পৃথিবীনা থখির মী শ্রীপর্ব্বত কমল কানন্দা, তুংদা রাজা যজ্ঞসেন্না মৃগয়া লাক্‌পদা থেংনত্নুনা মাবু য়োক্লবগী শিন্নরমী মহাক্কী পাটেশ্বরীগী মথুত্তা। হাইরে হাই ! লাংলেন্‌, নঙ্গী চন্দ্রমুখ উবদা ঐহাক্কী থোম্‌ অনিমক্‌ নঙথরম্মী, চিত্রকূট চীঙ্গী মথক্তা, থঙলম্‌দে নংবু মতুদস্থ ঐনা ?
( কপ্পা )

শচী— সখি, তপ্‌থো তপ্‌থো।
অকাশাদা—( বীণা ধ্বনি )

শচী— কৈনোসিদে ? ( আকাশদা য়েংলগা )
লেঙবিরক্লি
দেবর্ষিনারদ 'সোম্‌দা। সখি, চেক্সিল্লু নং, বিপদসিগী মূলনি মন্নুব ব্রাহ্মণসি ;—
য়েঙ্‌, বেরাশিকা মানা থোক্‌হন্দনবা 'মুক্‌ ॥
( নারদ চঙলকপা )

অনিনা— ভগবন, প্রণাম্বজৈ ঐখোয়না নহাক্পু।

নার— মঙ্গলমস্তু।

শচী— দেবর্ষি, করি তাক্পিদোবা ? অজ্ঞা পীবিসিদো ?

নার— দেবি, য়াইকরি পুন্নমক্। ভগবতী পার্ব্বতীনা থাবিরক্লি ঐবু ঙসি নহাক্তী নকয়্দা।

শচী— করিগীনো ? করি আজ্ঞানো ভগবতীগী ?

নার— ইবেম্মনা তারে— নখোয়না কলিদেবগী মতেংনা অবা-নং কয়া পীরে হায়রে—বিদর্ভনগর রাজা শিবভক্ত ইন্দ্রনীল রায়দা।

শচী— বা অসি, ভগবন, ভগবতী পার্ব্বতীদা কনা তম্লিবনো ?

নার— রতিদেবীদগী বাসি নাকোং য়োখরে ভগবতীগী।

শচী— (মথস্দা) সর্ব্বনাশ। দুষ্টা রতিসিগী নৈত্রবরা ইকাই-হজোইববু করিমতা ? অসিগুম্ বাবু সনানাকোং য়োহম্বা হোনব্রা ভগবতী ভবানীগী ? (কোংনা)
দেবর্ষি, বাসি তাথদা সনা য়াথং করি তাক্পিবা ভগবতীনা ?

নাব— থবক্সি নখোয়না
তোক্‌পা—মসি ভগবতীগী ইচ্ছানি।

শচী— করে,
তোক্স্‌ তোক্লগে! লুরিব্বি, পদ্মাবতীহুনা
হৌজিক্‌ কৈদা 'হুগা ইন্দ্রনীলনা কদায়দা—
কনা থণ্ডি?

নার (নোক্সিহুনা) চিন্তাবিন্ন মহ্ন'দমক্‌। হৌজিক্‌
তমসা তুরেন্‌ তোর্ব্বান্দা মহর্ষি অঙ্গিরা—
আশ্রমদা বাস তৌরি রাণী পদ্মাবতী।

শচী— (মথন্তদা)
হাইরে! অরেম্বদা তারেদনা 'হুদি ঐনা
অসুক্‌ নোম্‌জবসি? 'হুগা মমৈদা রত্তিনঃ
ওয়বা। কৈদৌনি? কনাগী মতিক্‌ লৈ
ভগবতী ভবানীগী মায়াথং হিক্তোক্‌পা।
কনা ওম্মী তুরেন্‌ ঈচেন্‌ থিংবা?

নার— চৎকে থল্লি
ঐ হৌজিক্‌* যতীন্দ্র অঙ্গিরাগী আশ্রমদা
মহাদেবীগী আজ্ঞাদৈ, অহুনা ঐঙোন্দা
বিদায় পীবিয়ো হৌজিক্‌।

মুর— ভগবন, ঐবু
পুবিয়ু চচ্চগে।

শচী— ঐসু, লেঙসি, থৌগন্‌গে।
(রম্ভাদা)
রম্ভা, চৎলো নহাক্‌ হৌজিক্‌ অমরাবতীদা।
যোগিবর অঙ্গিরাগী আশ্রম অমুক্তং

*যতি শিঙ্গী মকোক্‌

ম্নৌরুথিগে ঐদি।

রম্ভা— অজ্ঞা!

( নারদ, শচী অমসুং মুরজা থোক্‌খিবা )

অসিদা ইথত্তা

কৈদোদগে? য়েঙ্‌খিগে নন্দন-কানন্দ

কৈদোরিবা হৌজিক্‌?

( চৎখিবা )

---

## অনিশুব গর্ভাঙ্ক

তমসা তুরেন্‌ তোর্ব্বান্দা মহর্ষি অঙ্গিরা—আশ্রম

( পদ্মাবতী অমসুং গৌতমী চঙলকপা )

গৌত— নুপীমচা, থোয়রাংখিহু

অদুক্‌। নঙ্গী প্রানেশ্বর লাকনি ননাক্ত

য়াম্না থুনা, চিংনরহু। নঙ্গী লাইনা শাউবা—

অসিগী শান্তিগীদমক্‌ মহাযজ্ঞ অমা

হৌরে ভগবান অঙ্গিরানা।

পদ্মা— ভগবতী,

জন্মসিদা অমুক্‌ ঐনা উজবা ফংখিদ্রা

শ্রীচরণ'হুবু। ( কপ্পা )

গৌত— নুপীমচা, তপ্‌থো, ইংথো!

নিষ্ফল থক্‌ ওইরোই মহর্ষিগী যজ্ঞ।

পদ্মা— য়াথং

তাক্পিবন্ন, ভগবতী, শত্যংঙাগ্লি, ঙ্খু মূর্খ প্রাণসিবু কয়ম্ থেম্জিন্নগে ঐনা। হাহা ! হায়না তানবা'মুক্ য়াগ্নিংরা মানা হৌজিক্পু ? ( কপ্পা )

গৌত— ইবেম্মা, য়েঙ খন্দুনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বসিদা পোং অমত্তা পুক্নিচুপ্পা লৈতে *লক্ষ্মী মাঙনা। ঈশিং কংবা-তুবেন্ ঈশিংথম্লি বরিষাদা, ঋতুরাজ বসন্ত মতম্‌দা মপান্‌ শাৎলি মহৈ য়াল্লি উরি-মাবী পুম্বা,— খাগী নিংথিজবা মঙান্‌ ময়েং তাই হায়ববু কৃষ্ণ পক্ষদা, হন্না'মুক্‌ মপুং ফারি শুক্ল-পক্ষদা,—কোক্লনি'ত্নুনা মাবসি নঙ্গীমু য়ায়া থুনা।

নেপথ্যদা— হো শার্ঙ্গরব, ভগবতী গৌতমী কদায়দনো ! য়েঙ্‌, অতিথি অনিথক্‌ আশ্রমদা থুন্তরে, অত্নুনা মখোয়গী *আতিথ্য বিধি-চানা তৌ।

গৌত— নুপীমচা, চৎলে ঐহাক্‌ হৌজিক্‌, বিশ্রাম তৌ ঙম্লাক্নং নং উ-মকম্‌ অসিদা। বাঃ য়ে ! দেবী তমসাগী লুরব ঈশিংদা কয়াত ফজনা শাৎলে পদ্মিনী, হায়নিঙাই লৈতনা, লোয়ক্লে মঙ্গী কায়নব-অহিংসু।

( থোক্থিবা )

পদ্মা— ( মথন্তদা )

লান্দা খিজয়ী ওইরিনি প্রাণেশ্বরমন্না—

---

*মরাই চায়না ; *অতিথিগা সেবা

খোইনা চিংনিঙাই লৈতে,'হুমু কীংশিংলিদ্রা
লাইবক্থীবীসিবু ? ( ঋন্ন শাংনা হোন্দোক্পা )
হা বিধাতা ! ঐনা করি
পাপ তৌখ্ রুনা পূর্ব্বজন্মদা ঐঙোন্দা
অসুক্ বাধা পীরে নংনা। ঐবু নংনা
ওইহল্লে রাজেন্দ্রকন্যা, রাজেন্দ্র মহিষী,
অদুগা কোইচচ্‌ৎহল্লে বন-বন্দা, মপু—
লৈতবী শন্নুপ্ কায়রবী কুরঙ্গিণীগুম্না। ( কপ্পা )

নেপথ্যদা— প্রিয়সখি, কৈদনো, নং কদায়দা ?

পদ্মা— ( নেপথ্যদা য়েংলগা )
কৈদৌরে ? অসিদা লৈ ঐ। ( সখী কন্না চঙক্‌পা )

সখী— প্রিয়সখি— ( কপ্পা )

পদ্মা— ( মুংশাখিনা সখীবু কোল্লগা ) কৈনো ?
কৈনো ? সখি, করিদৌরে ?

সখী— ( খুমদনা কপ্পা )

পদ্মা— সখি, কৈদৌরগে
হায়্ থুনা নং ঐঙোন্দা ?

সখী— প্রিয়সখি, আর্য্য
মানবকগা লোয়্ননা মহারাজ স না
খোংদারে আশ্রমসিদা।

পদ্মা— ( অভিমান য়াওনা ) সখি, নহাক্‌সু
চালাকী তৌবিরবোইরে ঐঙোন্দা ?

সখী— কৈ যানো ?
প্রিয়সখি ; ভম্‌গত্রা থক্ ঐনা মচু ? য়েঙ্
আদু, মহারাজ'হুগা আর্য্য মা ন ব ক

ফুংনরেগো মাঙ্গী অশুক্ কুইনা ভুংদা ! অবু
ঐগোন্দা শুঙাইনা থোক্কে যাউ অনি।

রাজা— হায়
হেংসি, কৈনো ?

বিদূ— মহারাজ, মুনিগী আশ্রমি
মনি, * হৰিণ্ড চায়'সিদা খ্‌ইমক্, 'ডুনা ঐসু
শিনা তাদ্রা চরা নাম চাহুনা ?

রাজা— করিগী ?
মহ্যাম ধর্ম্ম লৌত্রিনা নংদি ; চরা-নাম
চাহুনা কৈদোব ?

আকাশদা— ( মেঙনা পুং-শেন্ কৈবা )

রাজা— ( হোৌগৎলগা ইথক্ থক্লা ) কৈনোসিদে ? বারে ! কয়া
মুং শিং ব ধ্বনিনো ! সখা, বিদ্যাপিলি
দেব উপবন্দা ঐনা মায়া মৃগ মতুং
ইন্নরক্প মুনিং অহদম্ অ সি ও ব
অবেংব-পুংশেন্ তারমী আকাশদা

বিদূ— ( নেপথ্যাদা য়েংলগা কিনা ) মাঙলে।
মাঙলে।

রাজা— কৈনো ? করিদোরে ?

বিদূ— মহারাজ, লেঙসি,
চেল্লসি ঐখোয়'সিদগী। অছু য়েংবিয়ুদো
লমৈ চাক্কে আশ্রমগী বল্সি। উঃ ! কয়াক
কিরব মৈয়ীনো !

রাজা— ( য়েংলগা ) সখা, লমৈ নত্তেঁসিদি।

* ঘী তোৎপ চাক্

বিদূ— করি হায়বা ? মহারাজ, আহ্ৰ উ-দ্বা পুম্ব
ঙুং ঙুং চাক্লিবসে অমুবুতোইনা।

রাজা— সখা, নঙ্গী
নমিত্তুবু য়ুম্বরা ?

বিদূ— বয়স্য, কৈ নো সে ?

রাজা— দেবকন্যা ৱাৱি মখোয়। হোইনে, মৈবীগুম্না
মখোয়সু ৱেজলৈবীনি। ( য়েংলগা হৱাওনা )
কয়াদনো ! হেবা,
শচীদেবী, যক্ষেশ্বরীখোইনিনা, অদুগা
রতিদেবীনা লাক্পিবি অসোম্দা ঐহাক্কী
প্রেয়সী পুদুনা। নংনা, হে হৃদয়, অসুক্
কুইনা পূর্ণিমা'সি উদবদা কায়ত্রিবসি—
মসিনা মগুক্কে ! ( চঙশিল্লগা )
খুরুম্জবি ননাই ঐনা
শ্রীচরন্দা। ( খুরুম্বা )
( শচী, মুরজা, রতি, গৌতমী, পদ্মাবতী, সখী, নারদ
অমসুং অাঙ্গিবা চঙলক্পা। )

পূম্নমক্না— জয় মহারাজ !

নার— মহীনাথ,
ভগবতী জানকীবু যংবিখি মহর্ষি
বাল্মীকি পুণ্যাশ্রমদা রঘুমণি রামা,
মহিষী পদ্মাবতীবু ফংবিরে অসিদা
মহুম্না গুসি নংবসু।

অঙ্গি— হে নরেন্দ্র, নঙ্গী
পাখোম্-পাঙদগী ঋষিপুম্ব পূম্নমক্না

মঙ্গল ওইহ্রি। অদুনা নারীরত্ন অসি
লৌবিয়ু নহাক্না মনা-ওইনা।

শচী— (রাজাগী মা-খুত্তা পদ্মাবতীগী মখুৎ থম্লগা)
নর নাথ,
ওসিদগী হৌনা শুক্লাদনা কংবিরসি
রাজভোগ।

আকাশদা— **গীত**

বেহাগড়া—পোস্তা

বুদ্ধি য়াম্না কব নিংথৌনি, নহাক্তি হে মহারাজ।
মুত্তাইয়ু শত্রু-ইজ্জৎ লৈনা, শত্রুশিংগা শীয়ু রাজ॥
কংবদা য়াম্লিব নত্রু
চাম্থোক্ইরী অমুক হন্না
নীংব থুংলে মগুংক্না, মুত্তাইনা তৌ রাজকাজ
বিচার চুম্না তৌদুনা
তাম্নু কব-মিংচুৎ য়াম্না
কজহব গুমা পৃথ্বী অরানাথ * দ্বিজরাজ॥

---

(ইন্দ্র লোং)

পুরন্দর— জয় ওইয়ু রাজমহিষীনা॥

নারদ— (রাজাদা)
আশীব তোরি ঐনয়ু—অারো নরনাথ।
মুত্তাইনা থানু অদুনা পৃথ্বী মণ্ডলদা,

---

* চন্দ্র।

নম্থুদুনা শক্রশিংবু য়োকউ মিত্রশিংবু,
ধর্ম্মলমী চৎলু ধর্ম নন্দন Φ পৌরব—
শুয়া। ধর্ম্ম'দুনা ফংজো স্বর্গ অত্তদা।
( পদ্মাবতীয়োম্‌দা )
মিংচৎ-ঈপাক্তা নিংথিবী কমলিনীশুয়া
ভাম্‌ নংদি পদ্মাবতী রাজেন্দ্র নন্দিনী,
যযাতিগী চাম্রথোইবি দৈত্যরাজবালা
শর্ম্মিষ্ঠা মতৈশুম্‌। মাগা নহাক্তী নমিদ্দা
লেংসম্রু *মণিপুরীনা কাব্যরত্ন মালা
মুক্তাগা মুক্তাগা মীনা লেংবশুয়া মালা।

ইতি পদ্মাবতী নাটকী মঙাশুব অঙ্ক

যবনিকা পাদবা।

ওঁ তৎ সৎ; শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

আরম্ভ—ৱাকৃচিং শুক্লা চতুর্দ্দশী য়ুম্‌শকৈশা—২৫। ১।৬৭
সমাপ্ত—ফাইরেন্‌ শুক্লা দ্বিতীয়া থাংজা—১১। ২। ৬৭

---

Φ পুরুগী মচা-মশু অসিদা যুধিষ্ঠির।

* মূলদা 'বঙ্গী-মীনা' লৈ; মসিগী মহুত্তা 'মণিপুরী' হায়রবনি।